# ঐ অমসুং পৃথিবী

'কণ্ঠোকচরি'

তাইবংগী ফজবা উনিং উনিংনা।
হিংবগী শান্নৈ ৱাংপন।
পুন্সিগী লমদাং তেনগ্রবশিং
মখোয়গীদমক তেংথা-নাওইরিবশিং
পুন্নমক্কী মফমদা কণ্ঠোকচরি—
'ঐ অমসুং পৃথিবী'

অইবা
শ্রীএন্: বীরেন্ সিংহ
লমদিং

১। অকোংবা :— শ্রীমতি এন্: ললিতা দেবী

২। মখুমগী লাইগী নমুনা পুথোক্পা:— অইবা মশামক্

৩। মখুমগী লাই য়েকপা
অমসুং ব্লোক শাবা } :— শ্রীথৌনাওজম্ মঙ্গী সিংহ

৪। লাইরিক নম্ফম :— লক্ষ্মী প্রেস, থৌবাল্

৫। কোপি মশিং :— ১০০০

৬। ফংকম থোকপা পুন্নমক্ :— অইবগীনি

৭। লাইরিক ফংকম্ :— (১) রাজ স্টোর, ইম্ফাল্ (পাওনা বজার) অমসুং মণিপুরগী মরুওইবা বুক-স্টোরশিং

৮। অহানবা কোংবা :— ৱিগন্নিকডে, (১৯৭৮)

মমল = লুপা

# 'কবিতাশিংসি মথল-মথলনি'

ঐ অমম্নং পৃথিবী' হায়বা রাখল্ অসিনা মী থরবু হেক্ হেক্ রাহল্লি। ঐ অমনা করি ইগনি রাগে হায়রবদি, মথংদা মসিমস্থ পোৎলুম অমনি। শ্রীবীরেন পোৎলুম্ অসি থাদনিংদে—

'কদাইদা কৈদৌঙৈ

থাদরম্গনি মুংশিরবা পাম্মুরবা পৃথিবী' ?

অমনা ———

'মুল্লবা হৈনৌগী খজাইনা ভেকথরবা উঁশাদা

ভেনরা ময়াম্ চিক্ল'-চিক্ল' তোংদুনা

চাগদবগী ময়া লাওনা ..............................

ঐগী চিনবান্দস্থ ভাইভমদবা অমা ফাওখি ;'

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবিতাশিংসি মথল্ মথলগীনি। অহিং অদুনা সাক্ষিনি ; থাবলগী মরিংদা খোংবা বাঁশি ; যবন অসিনচিংবা ইরম্বদগী, 'খোরক্লো কবি মণ্ডলৈবাক্তগী' মওং হোংলকই। থবক্ খিবগী থবক্, হিংবা পাম্মী, ইচানা হংই, ফনা য়াম্না হোংলক্লে। শৈরেং মথল মথল খিবগুম্ ভোই। অহানবগী জাৎ অসিস্থ কান্নদবদি নত্তে। শ্রীবীরেনগী কবিতা মথল-মথল খোরক্খিগনি। লেপ্পা নৈতে।

লাইরিকী মথুম্ অসিস্থ কবিতা অমনি।

শ্রীলাইশ্রম্ সমরেন্দ্র

২২/১/৭৮

## 'বাহৈ খরদং'

শ্রীএন, বীরেনগী "ঐ অমম্ভুং পৃথিবী" কবিতাগী লাইরিক অসি পারে। পুন্না শৈরেং নিফুনিপান্নি। শ্রীবীরেনগী কবিতাশিং অসিদা য়াওরিবা বাহৈরাতাগী ফজবা, প্রমান পাম্বৈগী চুশিন্নবা নিংথিনা য়াওবা থেংনৈ। ছন্দ অমম্ভুং তালনা ঈরোইননা ঈহৌ-রকপনা পাবদা পানিংবা পোকহল্লি। বাহৈশু চন্না ফোংদোকই। ইরিবা শৈরেংগী মওংদি থাইনগী পরমপরাগী মওংনি।

( Traditional Style of Poetry )

শ্রীবীরেনগী কবিতাগী শৈশক শৈদাগী মওংদি নিংবা কান্নবগী খোল্লাওনা অয়াম্বনি। সমাজগী অমোৎপা, মথোৎকাররকপগী ওলাং ওনশাওনবা, রাজনিতীগী চয়েৎনবা অসিনচিংবা খোল্লাও কয়া য়াওরি। শ্রীএন, বীরেন নহা ওইরিবা কবি অমনি। মশাগী পীথোররকপা মগুণ লৈবা লেখক অমনি। মহাক্না মশাগী লাই-রিক কয়ামরুম থুদোল তমদুনা মনিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙম্বা ওইসনু।

তাং ১৮/১/৭৮ ইং

শ্রীরজনীকান্ত সিংহ

এলাংবম

# অইবগী কলমদগী

পুন্সি হায়বসি কবিতানি হায়বা য়াই। মরমদি, মপাম্মোংবা ইচম-চম্না উবা পোং অমসু মপুংদদি ওল্লোক্লা অর্থ লৈরম্ব্রে। ঐঙোন্দা পুন্সিগী রাহং কয়া ফাওখি—: ঐ কনানো, করিগী-দমক্, কয়াম্ কুইনা' অসিনচিংবা। ঐনা উখি ————
'থাবল ফরবা অহিংদা, মুংশিরবা মীওইবগী শরুগী মুত্তি।'
রাহংশিংসিগী পাউথুম অমদি দৃশ্যশিংসিগী শক্তম্, উচ্চনিংই ঐনা, য়াম্না চেকশিন্না, রাহৈ অমমমতা ওইনা—মসিনা কবিতা ওইজ-খিবনি।

ইজরুবশিং অসি ফোংদোকপা ঙমদ্রবদি লোম্নোক্তবা অমগুম য়াম্না রানিংঙাইনি। পুক্নিংগী থৌনা য়াওদ্রবদি কনাসু করিসু পাঙ-থোকপা ঙমদে। ঐসু থৌনা থরদি শোয়দনা ফংখি ——
শক ১৯৬৮-৬৯ গী ভিঃ এমঃ কলেজগী শৈয়েং কম্পিটিসন্দা ঐগী অহানবা ইবা শৈরেং—'ঙসিগী অহিং' না ([illegible] লাইরিকসিদনা, '[illegible] ৬ভুনা সাক্কিনি') অহানবা মনা ফংখিবা অদুনা মথা-[illegible]নিংবগী থৌনা অমা ফংখি। হন্দক, মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমী ইম্ফালনা লাইরিক অসিবুসু খনগৎপিদুনা ফোংবগী মতেং ওইনবা লুপা ৫০০ পিবিবা অসিনা ঐঙোন্দা অঙোপ্পা লাইরিক কযা মতুংদা পুথোরক্নবা থৌনা হাপ্নীবনি খন্দুনা একা-দমীবু মতম পুম্নমক্কী ওইনা থাগচ্চরি।

মতিক চারবসু চাদ্রবসু, মণিপুরী সহিত্যদা অনৌবা খুদোল অমনি খনবিদুনা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা তরাম্না লৌশিনবিরবদি মপাল নাইদবা থৌনা ফংলবনি নিংজগনি।

নোল্লুকচরিবা

শ্রীবীরেন্দ্র সিংহ নহাকপম্

লমদিং

বিঃ পিঃ ওঃ = রাংজিং

ঐ অমসুং পৃথিবী

# "করমলা য়েক্নি"

"ঐগী —
পুন্সিগী থাবলদা !
থম্মোইগী —
মিরবা বাঁশি !!
খোংখি —
তপ্পা-ঈংনা !
শুম্নাংখি —
লোন্না মদোম !!
করম্না —
রাইহেগী যাদুনা !
য়েক্নি —
অহিংডুগী দৃশ্য !!
অহিংডুদি —
নিংঙাইদনা চংখ্রে !
সুরডুদি —
নিলহৌরি ঙসিসু !!"

# ঐ অমসুং পৃথিবী

শৈরেং মমিং — লমাই

| শৈরেং মমিং | লমাই |
|---|---|
| ২৫। মিকপ থোক্লে লাইখৈবী — | ৪৫ |
| ২৬। কনাগী ভকশমদা — | ৪৮ |
| ২৭। স্বর্গগী মোংকম — | ৫০ |
| ২৮। লৌশি পাৎ — | ৫৩ |
| ২৯। লম্মাংনরবা হিরোই — | ৫৫ |
| ৩০। চেকখাইদৌরে পৃথিবী | ৫৬ |
| ৩১। হল্লকখোনে হল্লকখো — | ৫৯ |
| ৩২। নোংজুগী ঈশৈ — | ৬১ |
| ৩৩। নিংশিং চৈনা — | ৬২ |
| ৩৪। নংবু ভাইজরি — | ৬৩ |
| ৩৫। চীংগী লৈরাং তমগী পাখং — | ৬৪ |
| ৩৬ সকুন্তলাগী বিদাই — | ৬৬ |
| ৩৭। পোৎলোইবা অমা — | ৬৮ |
| ৩৮। নথন্ত হিংবা মুংভাইগদ্রা — | ৬৯ |
| ৩৯। কান্নদবরু কনানো — | ৭০ |
| ৪০। অওনবা সরকার — | ৭১ |
| ৪১। চাক লাম্বা — | ৭৩ |
| ৪২। ইচানা হংই — | ৭৪ |
| ৪৩। মানা মানা থোকপা — | ৭৫ |
| ৪৪। হিংবা পাম্মী — | ৭৬ |
| ৪৫। নিঙোল চাকৌবা — | ৭৭ |
| ৪৬। থবক্ খিবগী থবক্ — | ৭৮ |
| ৪৭। হিংবা অমসুং শিবা — | ৭৯ |
| ৪৮। ভরামরিদি পানবা মেরাগী থাজ — | ৮০ |

# ঐ অসুং পৃথিবী

## 'য়াকাইরোল্

অয়ুক্কী মঙাল উবদা
অহিংগী অমম্বা চেনখ্রে
ভাইবং পুম্বা হৌগৎলো
মপুগী ফজবা য়েংলরো ॥
শিঙ্গারৈ কৌবী লৈরাংনা
মনি চোইনা কেনবঙুম্
মালেম লৈমগী থম্পাক্তা
ইঙৌ-ইঙৌ ঙৌরিবা ॥
অশংবা ফিজোল্ থোঁল্লিবী
ঈংলবা শকফম্ পুন্নিবী
পুক্লিং লৌশিং চেল্লিবী
অয়ুক্-লাইরেম্বী য়েংলরো ॥
কোন্নৌ মঙাল্ উবদা
তিংথৌ মতোল্ লিক্লানা
মেংল' অয়ুক মাঙগ্রবি
মিৎলু ঈন্না ঈহৌরি ॥

থম্বাল কৌবী নৈরাংদি
কোরৌ মশেক্লা য়েবদা
অহিংগী অরাবা কাউখ্রে
মোমোন মিনোক্লা লৈতেংলে ॥
মবুক তপ্পা অঙাংবা
ঈংলবা অয়ুক্কী তম্পাক্তা
মপুগী খুৎশেম্ য়েংদুনা
নোক্ল-খেনা শান্নরি ॥

---

৫/৯/১৯৭৪

# ঐ অসুং পৃথিবী

অঙাং ওইরিঙৈ
খোশাখি ঐনা নতম্বাক্তা পৃথিবী,
পুংকক্ চাউরকুঙৈ
উনিংখি মতুম-তায় হায়বা পৃথিবী,
মথোং কারকঙৈ
খনখি ঐগীনি ফজরবা পৃথিবী,
পৃথিবীনা উঙ্লী
মাগী এক্সিসতা অহিং সুংথিল্,
ঐসু উঙ্লী
মতমগী চক্রদা হাইরং-তুরং,
পুন্সিগী মহাও
অচম্বা অথুম্বা অয়াক্পা অখাবা,
ঐগী বাখল্
সুংঙাইবা সুংওনবা, কল্লকপা পাম্মুবা,
নোংমদি খংহৌদনা
তারক্খি কোকথক্তা চাউরবা পৃথিবী,
পুবদি ঙমদ্রে
পিল্লবা কোকথক্তিদা লুমলবা পৃথিবী,
কদাইদা কৈদৌঙৈ
থাদরম্গনি সুংশিরবা পাম্মুরবা পৃথিবী ??

তাং ১৮ । ৫ । ৭৭ ইং

## 'অশ্রুগী অপুনা সাক্ষিনি'

মিৎ পাংথোকলুবদা থবান্মিচাকশিংনা ইকোয় কোয়না
মমিং তরু-তরু পাংদুনা লৈরম্বত্রু উরুবদা
উখ্রবা থন্দূনা ঐদি ঈবু ঈকাইরুরে।
চোইরবা ফিজিশিং অতুদা ঐনা উরে
মাঙথিনি তাখিনি মতাঙুম্ চেক্‌শিন্না কিরিবদো!
মহাক্কী থবাইমক্তি থন্দূনা লোত্তুনা থম্লিমাল্লে?
অহুবু করিনো অশেংবা থঙনিংবদগী ঐনা
লেঙ্‌লবা খুৎ অসে ফাঙমদনা তিংথোকহুবমক্তা
ইকাই-সুংশিননা হাইফেৎ নোক্‌পগী মীনোক্'মা
মমি ওই' মায়থোংদা মীকুপ'মতং তাহল্লমগা
শোল্লবা মিয়েংদো হায়ঙম্‌দনা 'মুক লৈথোকখিবদো
নোংঙাল্লমদাই থাজগুম্ তাখিদোবা কল্লকই!!
শমহাৎ কায়খিনি খুল্লুদবনা ফায়বা শম্নাং
অনৌবা পুন্সিগী অহোংবা শমহাৎ অমগুম্
থোক্নমা কেম্না ফজহল্লি ঐঙোন্দা ঙসি।
শুক্নাৎনিংঙাই ওইরবী মহাক্কী নিংথিবী শাহৌ
মরিক্ চুম্নবী কৈরাং লৈরাংনা লৈতেংবা
যবন ওইবগী ফাঙমদ্রবা মশেক মঙান্না
য়ৈরবদা তত্তুনা ঐঙোন্দা—ঐগী হকচাংদা
তুখোং খুদিংদগী হয়াওবগী ইফুৎ ময়াম্না
নোক্-খেবগী ঈরাওখোল্ অমা তত্তুনা থোকহল্লি।

# ঐ ১মুং পৃথিবী

শামজৈ—লৈকোন্দা তাণ্ডনা শাংলিয়া লৈরাং—
মালিকা-মালতি, যাথি-যাথিকা, লবঙ্গ-কেতকী,
অদুবু, শম্লাংলক্তগী ফাওরকপা মথোংকারকপগী লৈনম্‌দা।
মদুত্তবু মুংশিরুই, ঐদি মদুত্তবু কল্লকউই।
মুল্লবা হৈনৌগী খজাইনা তেকথরবা উশাদা
তেনবা ময়াম্ চিক্ল'-চিক্ল' ত্তোংদুনা
চাগদবগী ময়া লাওনা কাথোক্লকপা মওংগুম্
ঐগী চিনবান্দস্ত ভাইংমদবা অমা ফাওখি।
'পারিবনা' চেনা অসি খোরাংনা হাইদোকপগুম্
মহাক্কী অরোইবা চেনা ফাওবা ঐনা
মথং মথং য়াম্না থোরাংনা হাইদোকখি ..................!!
লৈরাং ওইবী মহাক্কী নৌরবী লৈকাম্নুংত্তদগী
অম্নগুম্ লুরবা লৈরিক অদুবু থকচনিংবগী—
খোরাংলবা মৈরিনা হকচাং শিনখুংনা চাক্লকখি।
থাজগী ঈংলবা মঙাল অদু কল্লকই—
উনা অপুংবা হাইদোক্লুনা তুমিন্না মানা
চিক্লা-নাপ্লদা থেঙলবা অহিংগী চিরোল্
শোক্লিবদো শানৌগী মোল্লবা খজাইদা লোন্না!!
পনশিরম্‌দাই থাজগী তপ্লবা মিয়েং অদুনা
নৌরবী মহাক্কী লৈয়োল্ মম্নুংদা চংখিবদা
মহৌশাগী ইকাইনা লোচ্চবী লৈতেং খুদিংমক্
থাবল্ মচু মরক্তা ময়েক্ শেংনা ফাওরক্লে॥

উন্নবগী রাখলদা অহিংয়াদা শাউদুনা হেলিবা
ঙাওরবা অমুবা লৈচিন মপৈ অমনা
মিকুপ 'মগী মঙুংদা থাজগী লন্নীদা থংগ্রে —
উবা ফংথিদ্রে—ইকাই-মায়থুমফি ওইজরিবা
থাজগী অঙোবা ফিজোলদা—কদাইদা লৈরে ?
মিপাইজদুনা থাজনা নাম্বোক্লদবগী ভোংনরী।
গোপিশিংনা শেমজবা নিংথিরবা লৈগী শয়্যাদো
ঐঙোন্দা ফাওরিবা অসিগুম থোৎলমগনি থাজদে।

কল্লবা নোং-মুংশিৎ অচু লেপ্‌থ্রবদা
শাইজিন্দগী ইচুম্‌ মরিক্‌ মরিক্লা জুরিদা
তান্‌ নাইনা তপ্ল-তপ্ল তাখিবদো ........ !!!!!
ঐগী হকচাংগী থোরাংবা কোক্লবগুম্‌ ফাওখি।

মহাক্কী মায়থোংগী তুমিন্না শিন্থবম্বা পিরাংলক্লা
ঙাংলবা থজাইগী মুংশিরবা মোমোন্‌ মিনোক্লো
শুক্ল-মম্মা চেম্থরিবা নোং-লী মরক্লা
মচু ওরেৎনা লৈতেংবা চুম্‌থাংনা ঙাজবগুম্‌
চোকথবনা মিপাইরবা হকচাংসে নৌনা তেকখৎহন্‌খি।

তাং ২৩/৩/৬৮ ইং

# থাবলগী অহিংদা খোংবা বাঁশি

থাবলগী অহিংদা খোংবা বাঁশি !
পাইখিদোরেনে থবাই চেক্লাসে—
নংদোম্ তুমিন্ অচিকপদা লৈঙমত্রহুনা
ভাইবং থম্মোইবু শুক্সাৎকে থৌরাংত্রা ?
সুংশি শৈশক্লা, কায়না শৈহেক্লা
রাধাবু কৌবরা, নিংঙমদা খুৎখৎলা
চিক্লা' অহিংবু সুংশিনা খোংবরা
থাবল্ মচালবু পাম্মুনা শকপরা ??
অদুগৈ' শ্যামগী সুংশিবা বাঁশি
ভাকৌদ্রে খল্লম্বা ভারেমে' ঙসিদি
নংগী সুরদা শুক্সাৎলে পুক্লিংসে
পুন্দরে অমুক্ অপুন্নাংনা পুন্সিসে ।
হে থাবল্ ! লোইখিনি পাম্মুইদা
মিরবা বাঁশি ! শক্লররোই সুংশিদা
পেল্ল' পুন্সি লোম্খিনি নিংঙমদে
ভাইবংগী ফজবা উররোইদ্রা রাজৈদা !!
লুপথরে থাবলদা থবাই হকচাং
লৈভাদরে পুক্লিং সুরগী ঈপোম্সিদা
নিদ্রা ইমানা পোথাররো কৌরবসু
থাবল-নংবু করম্ থাদোক্লুনা চৎসিগে !!!

৮/১০/১৯৭৪

# কপ্পা

কপ্তুনা লাক্‌ই
খোয়াং ইন্‌বী
কপ্‌কম্নু থেম্‌বী
কপ্পা তোক্তে ।
অহাওবা পিজৈ
ফজবা শেংপী
কপকম্নু থেমবী
কপ্পা তোক্তে ।
মিংশেল্‌ য়েংহল্লি
অপাম্বা পোকহল্লি
কপকম্নু থেমবী
কপ্পা তোক্তে ।
লিলা লোইরে
কল্লো হায়রে
কপকম্নু থেমবী
কপ্তুনা হনখি ॥

তাং ১০/৪/৭৪ ইং

# যৌবন

'Youth is only once in life Let us enjoy it for ever'— W. H. Longfellow.

পুন্সিগী সম্রাট, থম্মোইগী নিংথৌরেল্
পুক্নিং হূরবা হে যৌবন্ !

বন্গী উচৈ অহাঙবা চারিবা
নখোংদা মোক্লিং থাংদ্রিবা চেক্লানি,
পাইখো চেক্লা পুন্সিগী অতিয়াদা
লেপ্পা লৈতনা নোংদোন খেংনা।

থাবলগী ঈপাক্তা মেরাগী পূর্ণিমানা
লোংদাউ তাউনা ঈরোয়ডুনা-শান্নবগুম্
অরা-ঈরিক্ পক্তুবা যবনগী হকচাংনা
পুন্সিগী ফম্বাক্তা নোক্খেনা শান্নরি।

হে যৌবন! শুক্নাংপা নংগী ক্লাভুসে
মুংঙাইবগী মরূ হুন্নবা মতম্নি,
পুন্সিগীসু মরূ হুন্নবা মতাংনি
করম্না নহাকপু শিন্দানা লূমহল্লিগে
করিগীসু নহাকপু অরেম্বদা হলংল্লিগে ??

কুমওন চাপ্মগী মীওইবগী লানফমদা
মায়থিবা ফংলবা পুন্সিগী লান্মীনা
ঋতু মঙানা বসন্তদা চংজবগুম্
চংজরখিনি নোংমদি নখোং থুয়াখাদা।

সন্ধ্যাগী মল্লবা পুন্সিগী তোর্ব্বান্দা
রাখল লৌশিং লম্মুক্-লঙ্গাংনরবদা
তামহৌরবা যবনগী পুন্সি হিদেন্দো!
তুংহন্না অমুক্তং য়েংলুবা মিৎকমদা—

হেদো-হেরাও কাদুনা গঙ্গাদা অদুদৈ
চিংহি-শম্বাল লাংখিবী গোপিশিংনা মমাংদৈ
কদমবু য়েংদুনা অমেংবা খোনকন্না
চরৈফিবু নিজখিবী শখিশিংগী শক্তমদো
ভৈরবদা মশেল্-মরাং খলহৌগনি নিংঙমদনা—
'যৌবন হায়বসে পুন্সিদা, অমুক্তনি
মসিবু পুন্সিচুপ্পা ফংজবদো অপেন্বনি ॥

তাং ২৯ । ৮ । ৭১ ইং

# পাদোকপা

লাংঙন্ মপোক্ তিম্নদবনা
মুংশি শক্লমদি উহৌদুরে
কোলোয় নংগী শুক্সাৎপা
ঙাক্লৈজেনে মুৎনাইদ্রবা ওইবনা।

নংগী মিংলেন্ তাবদদা
নৈহৎপিরবা মীওই' কাংলুপকী
ঈচেল্ কংলুরবা শিংলিদা
অমৌবা ঈচেল্ চেলহল্লি।

ময়াম্না মিংগৌনৈ নহাকপু—
' নিংথৌগী মক্সাক্ ইবুংঙো '
নংনা পামজবা মিংথোন্না—
' ওৎপিরবা লাইরবগী মরুপ '।

' থাংগোল'দু মন্না থাংঙু থৌনা হে লৌউবা.... ।
শুক্সাৎখি নংগী ঈশৈদা
লোইজিং লোইয়া, চীং-তম্
শুক্সাৎলি ঙসিস্থু, শুক্সাৎখিগনি।

মীবু মীনা ওত্তবা
কাংলুপ নাইদবা সমাজগীদমক্
য়ুম্বাল পুন্সি থাদোক্লুনা
লাইর' লিংজেল শাগৎলম্বা !

অদুগা ঙসিনা—
কাংলুপকী য়ুম্ফমদা শাগৎপা
মিকুপকী রাজনিতি পুন্সি
সপান্দনা স্বাধিন্তা, গনতন্ত্র
সমাজবাদপুস্থ পন্‌বা-র্শাই ।

চংজখ্রেনে—মালেম নৈমদা
লাঙ্গোনপায়রবগী লৌফম্ কন্ননবা
নৈহৌরেনে মুৎফত্রবা আত্মানা
লাইররবা লৌমীগী লু-তোংদা ॥

তাং ৮।৪।৭৪ ইং

# মিত্রংলা ?

অমুক্না, শুক্না-মম্নবা
থাশিগী নোংলৈ-মুংশিংলক্তা
ভুং-প্রেং হিংচা-ম্নাইতম্বনা
শাম্নফম্ ওইরিবা মোংফমগুম্
মালেম্ 'পুম্বসি উখি
অকি তুজুংননা নোংমা।

অমুক্না, পুর্ণিমা তানখংলিবা
থাজগী অঙৌবী মঙালনা
নোংলিক্না চামথোক্নবা উনাথক্তা
অঙৌবা মুক্তানা নৈতেংবদো,
হিরা-মণিনা চথোম্না থাম্নবা
কুচুঙৌবী মুপিনা য়েংলকপগুম্
প্রকৃতি লাইরেম্বীনা য়েংলকখি
মোমোন্ নোক্না ঐঙোন্দা।

অদুগা, ওলাংথাগী মতমদা
চাক্নবা কোরৌগী মশেক্না
মালেম্ 'পুম্বসি ওইহল্লি—
থরাই পান্দ্রবা মরুভূমী।

অদুগা, লাংবলগী অয়ুক্তা
অয়ুক লাইরেম্বীগী হকচাংদা
লুরবা লিক্লাগী লৈতেংথক্তা
কোরৌহনবগী মঙালনা য়ৈরবদা
প্রকৃতি দেবীগী মশাদা
লোক্লুনা থম্বা ফজ'পুম্বা ।।
মতম অসিদদা উগানি।।
মোংবা মিংথমগী 'উলেন্নক্তা
শম্লাং কেল্লবা বম'মদা
তুফক তুফাই সিংবকায়না
চংপদো ঐনা লুক্লুনা
খল্লুরে, ঐদি পুক্নিসে
য়েম্নিং অমুক চোংলরোই।
অমুক্তা, বসন্তগী মুমিদাংবাইদা
কোরৌগী ঙাঙ্গানবা মশেক্তা
তাংথক্লাইরবা ঈপাকথক্তা য়ৈবদো
কুমুক্লবী যবতীগী হকচাংদা
ফাজিনবা মমব্রবা ঈথক্‌মু
তুমলুরবা কামক্রিয়াবু হৌদোকখি।

'তাং ৫।৮।৭১ ইং

# মাঙখিদোব্রবা কবিতাগী স্বর

থাবলক্কবা, অহিংদবু ঐনা ঙাইরে,
হৈরাং লৈরাংগী মীনোক্তবু পামজে,
ঈংনা-মেংলবা অযুক্কী অতিয়াদগী
স্বর-চেক্লানা মশাখপুনা পাইরকখি,
সুমিদাংবাইরমগী ঙাংলৈনবা ঈপাক্কগী
ঈশৈগী রাগ কয়াস্তু ঈহৌরকখি।

লেপ্তুনা চেল্লিবা পুন্সিগী ঈচেলসে
মেংজনিংইনে মিৎকুপ্তুনা ঈশৈ ঙংলদ্রুনা
পুন্সিগী তোর্বাল তোর্ববান্দা চৎতুনা।

ঋতু তরুক্কা কৌরিনে ঐবু,
অচিকপা লমদা মখুং খত্তুনা
থেম্লিনে ঐবু—'ঈশৈ-শকউ'।

শকচনি'ইনে ঐস্তু' ঈশৈ পুন্সিইপ্পা
উনাপুংবা উরুমলাংবা নিকুঞ্জদা ফমহুনা
অনৌ অনৌবা পুন্সিগী স্বরদা,
মঙ-মঙলিনে সুংঙাইরবা তাইবং'মগী
থোইনা হেল্লবা বিজ্ঞ্যানগী যুগসিদগী
জগোই শারিনে কল্পনাগী ঈথকঈপোম্লক্কা।

অহুবু মিৎ পাংথোক্লকপদদি উরে—
খুৎচাবা খুৎলাই অমমম্ পায়নরহুনা
পুম্নমক হাৎনগদবগী শেম-শানরম্বদো ।
শক্তি .অমস্নং শেলগী ঈথকমরক্তা
পুন্সি কৈথেলগী চরাংনরবা খোঞ্জেলক্তা
মাঙখিদৌরে কবিতাগী মুংশিরবা স্বর ॥

তাং ১/৭/৭৩ ইং



## মাখ্রবা মণি

নিংঙমদবগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা ইথম্নতা ঐনা
পুন্সিগী ঈপাক্তা তিনগ্রবা তনিকপা ঈচেলদো !

নিংশিংবগী মঙালনা রৈবদা শোল্লবা মিয়েংনা
তপ্না-ঈংন মিৎফম ফোংদনা স্নেংজরি — ।

ফিজিদা চেৎনা কিজবা থম্মোইগী মণিদো
মাঙখ্রে মুঙ্গাই মরক্তা থিফম খঙদ্রে,
উম্নবগী ঈপাক্তা তিল্লম্বা মুংশি ঈচেলদো !

লিক্লাই মঙৌগুম লুনা চেল্লম্মী থম্মোইনুংদা,
কায়নবগী ঈথিলনা নৈরবা ঈচেল মরক্তিদা
করম্না থিসিগে ঐগী থম্মোইগী মনিদো ?
ফংলরোই পুন্সি অসিমগী থিফম খঙলরোই !
পুন্সি হাঁয়বসিমক লেঙদবা পোৎশক ওইরম্লবদি
থৌদোক খুদিংমক করিগী অয়েম্বা ওইগদগে ?
পুন্সিগী লেঙদবা অশেংবা শক্তম নৈতবনা
ব্লাশক পুন্নমক অমম্বা অহিংদা মাখ্রে
খোঞ্জেল খুদিংমক অহাঙবা অতিয়াদা
অনৌবা আশাগী নৈপরেং কয়া লেংজৈ
হুকফম খঙদনা খুইত্নুনা মাঙভী অরেম্বদা,
মাখ্রবা খোঞ্জেল মুংগ্রবা ব্লারি অদুতবু
থিরিনে হম্না-হম্না থম্মোইগী কাচিন'মদা।
অহানবা অমসুং অহৌবা হায়বসে পুন্সিদা
মমল য়াম্লবা ভাঙলবা মতম্নি শোয়ফদ্রবা,
কায়গ্রবা লমচৎ. মাখ্রবা ন্নুংশিবা
করম্না শেমলুগনি. কদাইদগী থিরুগনি !!

তাং ৩০ । ৭ । ৭২ ইং

# বসন্ত

বসন্ত !
নহাক লাক্লবরা ?
নংবু ঙাইবদা
ওম্থোক্লা ৱারুৱেদা,
লাকও থৱাইগী নাক্তা
পোথ্মারসি লাকও ।
নংবু ঙাইবদা—
ৱাকচিংগী উলেন নংলুরবনি
ওল্লাংথাগী মৈচাকস্থু ফংলুরবনি ।
ইঙাগী নোংপুৰা মুংশিংনা
হায়রম্মী নংবু—'লাক্লরোই'
কায়ন' শকফম পুরবী
নাকেন্থানস্থু তাক্লম্মী—
' লাক্লরোই নংগী বসন্তদি '।
অশাগী ৱাংমদা ঐদি
তন্দে-মান্দে হিংলম্লবনি
হৌথ্রবা পুন্সিবু য়েংভুনা ।
লাংভকনৈ থম্মোইসে
লাক্লিবা মতমগীদমক !
কম্লাদা মুংশিংথ্রবা—
তামহৌরবা হিদেন্দো !!

অত্নবু বসন্ত—
নংনা লাক্লবদা
হৈপাল লৈপাল 'পুম্বা
অনৌবা চরৈ শেচ্চরে,
মালেম লৈমা ইমাস্থ
অশংবা ফিজোল হোংজরে ;
শাবী-শানৌ খিবিক্লা
খুজেং-খুজেং পালোইনা
মোমোন্ মিনোক্ পুথুনা
নংবু ওকে নিংদুনা
হরাও তয়াম্না থোরক্লে।

চহি কুমওন খুদিংগী
নংগা অমুক'মুক উন্নজবগী
কংলবা থম্মোই কুঞ্জসে
নৌনা য়েন্নিং হুঞ্জরিবনি,
মাঙলুরবা মণিবু ফংজরবগুম্
অশাগী ময়োল চোংজরিবনি।

তাং ৪/৪/৭৪ ইং

# সাহ্ন-মমতা

আসপখানগী মমোমলোই অর্জুমন্দ
মমতাজ হায়রগা থোইনা খঙনবী,
কুম্লাং কুমওন্ কুন শুবদা
যবনগী শুম্নাংম্নাইনা মাইপৈগেশিন্না ঙাল্লরবদা
দিল্লিগী নিংথৌরেল সাহজহানগী নাপ্লদা
পুন্সি লৈরাং খোইদানা থেক্চখি।
কুমজা তরামাপল চিংল্লাক-চিনদিন্ননা
মবুংঙোগী মুংশি খুদোল শক্লা
ফংজখি মজাইবুংঙো তরামরি।
মশাগী চহি কুন্থ্রামাপল হায়বদা
লাক্লে অর্জুমন্দগী অরোইবা মুখিৎ!
পুন্সিচুপ্পা থাদোক্লরোইসি ৱাশক্লখিবী 'মমতাজ'
থাদোক্লম্লগে খনগ্রবোই মবুংঙো 'সাহজহানবু'
মথন্নতা লাকপনি মতোম্মতা হনখিদৌরে।
মমাগী মতম্বাক পামজহুনা কপ্লিবা
পিপ্লিবা অঙাংগী অরোবা খোনফমদা
হংজৈ সাহজহান মবুক পেম্না—
'মমতাজ! নংগীদমক্তা ঐবু……..??
খোঞ্জেল থোক্তবা ৱাহং কম্লানা
খোম্থাং মৈথি সাহজহানগী থম্মোইম্মুংদা।

'ঐগী মোংফমদা ফুরা অমত্তং ........!'
নিজরম্নগা নিজনিংবা কম্নাবু নিঙমদনা;
শকৃখঙনখিবা মুমিত্তা য়েংজখিবা মিয়েংনা
উরয়োইদৌবা শকফমত্নবু চিংনা য়েংজরম্নগা;
চৎখ্রে মমতাজ সাহজহানবু থাদোক্তুনা
তাখ্রে মুমিৎ মোগোল সমাজগী !!
কোরৌগী মঙালবু থাবলনা শিনবগুম
মম্নবা সম্রাটকী থম্মোইগী অতিয়াদা
মাখ্রবী মমতাজগী শকফম্ পুদুনা
ঙালহৌরে তাজমহল পুন্সিগী অহিংদা
ওইহৌরে সাহজহানগী অনিশুবা মমতাজ ।
তাইবং ঈরাংমদা মদোম রানীবু
পুন্সি তোর্বান্দগী উরদুনা সম্রাটনা
চৎখ্রে সাহজহান মমতাজগী মনাক্তা
পোত্থাজরে থরাইনা থরাইগী মফমদা
ওইহৌরে তাজমহল পুন্সিগী-লৈপুল
শকচরে যমুনা মুংশি-ঈশৈ
থানদ্রে মতমচুপ্পা সাহ-মমতা ॥

অাং ১০/১১ ৭৩ ইং

# থাবল-মঙাল

লাকও—

লাকও বৃন্দে,

থাবল মঙালনা থল্লবা

নিংথিজরবা ঈপাকয়ায়সিদা

শায়মিম্মরুসি নং-ঐ

লোইননা ঈথক-ঈপোম.

থম্মোদইগী কৌরকপা

নহাক্তনা খঙহৌবা

ঐহাক্তনা উহৌবা ।

হায়য়ু বৃন্দে—

মৈশা য়াওদ্রবা

থাবল মঙালদা

করিগী শৌদোকলি—

পুন্সিগী রস

পুন্সিগী ঈচেল—মিৎকী পিরাং ?

য়েংউ বৃন্দে—

হৈগী হৈথেল—তেনরা শঙ্ক

নৈগী নৈখল—খোইমু পরেং
তাউথোক্লে পুন্নমক
থাবল-মঙালদা।

অদুগনে বৃন্দে,
অরাপ্পদা চৎপা—লংবৈ চৎপা
খোংথাং লেপ্লে—চৎজিংদরে
লমদম তামহৌরবী মশানৌ
য়েংজরি———
সুংশিবা মিৎফম্না লাপ্না,
থাবল-মঙালদা নিংশিংলি—
কায়নবা মিকুপ্তা
হায়নখিবা বাহৈ
য়েংনখিবা মিয়েং
ফাওনখিবা ঈহুল।

তাওকো বৃন্দে—
মন্নবা অহিং কয়াদা
খল্লি—
কাউরগে নহাকপু
কায়মরগে পুন্সিসিমগী,
অদুবুনে বৃন্দে
ঙৌরবা অহিংসিনা

চিন্নবা মতমগী
তাহক্লে মমি থম্মোইদা—
অশেংবা অমম্বুং অইংবা
লোইননা নংগী শক্তম।

কাউমল্লোই কৈদৌম্বুং
নংগী খুদোল—মুৎনাইদ্রবা
মুংশি খুদোল—থাবল-মঙাল,
উরুরগা 'মহাকপু'
নিংশিংলুরে 'নহাকপু'
লৈঙমদ্রবুনা ইদোম্মতা
চেল্লক্লিবনি ননাক্তা;
লাকও—
লাকও বৃন্দে॥

তাং ২৪/৯/৬৮ ইং

—

# ফজবতবু য়েকপা পামজৈ

লংন-মেংলবা মচুতনা লৈংতংলবা কোয়ৌহনবগী
ঙাঙ্ৱানবা মশেক্তা য়ৈরবা তনিল্লবা ঈপাক্নূম্
মাংদা, লেপ্লিবা শক্তম অসিগী ফজবসে !
য়েকচনি দুনা এনা পায়খৎচরি মতিকচাদ্রবা তুরিসে,
এগী রাখল-লৈকোন্দা শাংলিবা লৈগী মচুসিতনা
য়েকচবসে উরগা থাজদবদি থাই, অথুবু ——————

গুলাপকী ঙাংলৈনবা মচুদগী হেন্না ফজবা
মচু অমা লৈরবদি মহাক্কী কুচান,
ভাবনা ফংজদুনা চিনবাল লেংহনবা হৈরাংগুম
মুল্লবা হৈনৌনা কল্লকচনিংঙাই ওইরবা খঙ্জাই ।
হেক্ত্রিমখৈ চাহৈদে, লৈপালদা লৈনম নমহৈদে
মিত্তারুবগীদি হোনশানি, পুন্সি খোংচৎ যবনগী ।

মুঙ্গাইরক্তা চেনবা লুরবা ঈশিংগী ঈচেলবু
উরগা যাত্রিক্তা খুজোক অমত্তংদা ওইরবস্থ
থকচনিংবগুম, ফজবদুবু ফংজবগী অপেনবা ওইনবা
কোক্কী লৈতেং ওইরিবা শল্লাং অসিগী
ফজবা অসিবু উরগা, অউবা কনাগী
মখুৎ খুৎশা তিংথোক্তুনা শোক্লিংদবা য়াওগদগে ?

সনাতনা হৎলবা নিংথিরবা লিকফাং ময়ায়দা
মিংয়ং থৌগৎপা অশংবা মণিনা থাম্বগুম
মায়থোংউক্তবা কোরৌহনবগী সনাঅহিংবা মচুমকপু
নমহৎপা ঙম্নবা মহাক্কী মায়গী মঙাল্লক্কা
লুরবঃ মিম্না অনিসে উরুবা মিকুপসিদা
হৌগ্র-মপোকপু নিংশিংঙম্বা ব্রাখল পোকখি।

স্থর্য্যকান্ত মণিগুম্বা মহাক্কী মায়গী মিংশেন্দা
ময়েকলানা তারি ঐহাক্কী মহৌশাগী শক্তমসে,
ওঃ লোইনাইদ্রবা মাগী ফজবগী ঈপাক্তা ?
তিনখ্রে তেল্লবা ঐগী পুন্সিগী মুর্ত্তিসে,
ফজ্জববু পুন্সিগুম ঙাইহাক্কীনি হায়নবা য়ানিংদে
পুন্সিদি ঙাইহাক্কীনি, ফজবদি মিংচৎকুম লেংদ্রবনি।

য়েংজনিংবা মিৎসিন্দা মপুংফানা উজবা ফংদ্রবা
মুক্তাশরেংমক্লা তমজনিংঙাই ওইরবা য়াগী পরেংনা
ঙাংলৈনবা মচুগী লেংলি-লেংলিবা চিন্বাম্নুংসিদা
নোকন্নীশিংবু ইকাইহন্নবা শোয়দনা শেম শারমগনি,
মশাগী মগুণবু উত্তুনা ঙাংবা কনাবু
মগুণলৈবা মীনী হায়না কনানা ঙাংনবগেনে ?

কুন্দো লৈরাংদগীসু হেন্না থোৎনা ফজরবা
অশেংবা যবনগী ঈরানা লংলা ওইরবা
লৈপরেংগুম নৌরবী মহাক্কী পাম্বোম অনিসে !!

শউমদা ফংবদা তেহনবা ঙম্বা শুক্সৎয়াইগুম
লুহোংবগী মুংঙাইবা মঙ মঙজদবা মহাকফাও
ঙকশমদা মুংশিনা কোঞ্জববু কল্লক্নবা ঙমগদ্রা ?

খুৎহৈবনা হত্নুনা শেম্লবগুম কোইদানরবী ঙকশমদা
মুংশি খুদোল ওইরবা লিক্লাং পরেংসিগী
থবাক্ক। তক্লবদা মম্লাই কারবা মচুসে
উরগা, অউবা কনাগী অপাম্বা মৈরিদো
অচং অশিগী রাখলনা মুথৎকে থন্দুনস্থ
লাইবককরবা লিক্লাংসিবু ওইনিংলোইদবা কনানো ?

ঈমাম্লচোল্লবা ঈশিংগী তনিকপা মায়থোংগুম
নোঁরবী মহাক্কী থোৎলবা হকচাং কয়াৎমুংসিদগী
জগোইগী খুথেক্নগীস্থ হেন্না নিংথিরবা শাথেক্লা
পাথোক্লা চেনবা লুরবা ঈশিংগী ঈচেলগুম
ফজবতবু য়েকপা পামজবা ঐগী থম্মোইদা
কল্লবা ঈথিল অমা তত্তনা পোকহল্লি ।

শককম অসিগী চংখোন্না ফজরবা খিবিকসে
ঐগী থম্মোইদা; পুক্লিংদা অমম্নং রাখলদা
মতম অমত্তদা চপমান্নবা ফাওখিবা মরমনা
ম্লেক্লিবা শক্তমসিদগী হেন্না শুক্সৎনিংঙাই মশক্কি,
পোৎকী অশেংবা মশক্কী ফজবা রাশিনা
হৈশিংলবা চিত্রকারগী তুরিমকপুস্থ ইকাইখুম্লবা পিবিদবনি ।

ফংজনিংই নহাকপু ঐগী ওইনা থমজনিংই
অদুবু, যবনগী মৈরিসিনা শোকপদা নগাদা
উনা খঙনা মাঙখিনি নংগী ফজবদো ,
নত্তে, ফজবদো মাঙখিদৌ শরুক শোকচরোই
অদুবু, ঐগী মিয়েংগী ৬মখৈদগীদদি হেনদোকপিখিগনু
য়েকচগে নংগী মূর্ত্তিসে পুন্সিচুপ্পা য়েকচগে।

প্রকৃতিগী খুদোল ওইবা নিংথিবাসিগী ফজবদুমক্তি
ঐগুম্বা ফজবত্তবু কল্লকপা কনাগী মাংদা
উচ্চগে খন্দুনস্তু, ইকাইথিবী ওইবনা
মায়খুমফি মরুমদা মায়থোং লোৎখিবনা
ঐগী কল্পনানা ফংবা ফজবা অদুতনি
ঐনা নখোইগী মাংদা য়েক্কুনা উৎলিবসে॥

তাং ১৫/৪/৭০ ইং

# য়াওশং

'হরি হরি বোলো—হে হরি
ইনাকখুন'ময়ুম চংঙু সি—হোয় হোয়
লৈতে নুংদে—হায়গনু
তরেৎ শেঙ্গাও নুংদগী
সে-সে লাম্ঝোরকউ'।

নুংশিরবা অঙাংশিংগী অরাই-অখুনসি তাবদা
অহাঙবদা পাইবগুম থম্মোইসে তম্নাং তশোইখ্রেদা
হৌখ্রবা পুন্সিনা শৌজিকী মতমবু লংনবগুম্
খোঞ্জেলসিগী ঈথক্লা থম্মোইনুংদা তন্তুনা থেংলরি
ফংলরোইদবা মতমদুবু ফংনিংবনা নিংঙমদনা কপ্লি।

থোঙ্গাল অমদগী থোঙ্গাল অমদা চংলি
থোংজিল অমদগী থোংজিল অমদা চংই
মচিন্দদি লাওই—'ইনাকখুন ময়ুম চংঙু সি'
হুন্দোক্লম্বদি লৈতে লাইরবীগী মল্লবা খাংপোক্লো
য়ুম্বুরেম্বীনা ব্রাও-পাদ শারদুনা সে-সে লাম্ঝোরকই
য়াওশংগী মতমদবু লাইর'ইনাকখুনবা খাইবরা ?

কংলবা উপাল ফাওবা য়েন্নিং হুম্বনি বসন্ত
কনানা কনাদগী নুংঙাইবা কেনবগে য়াওশংদা ?
হরাওবগী ঙমখৈ লৈতে, নুংঙাইবগী অথিংবা লৈরোই
অঙাং-অহল নহা-নুবী খুদিংগী হরাও-মথোইনা
লৈশা-পাখংগী লৈরাং-পরেংবু থদৎপা ঙমত্রা ?

শাবী-শানৌশিংনা খু:জং পালোইননা থাবল চোংই
হেদো-হেরাও কাদুনা ঈরা গী সগোল তোংই
শম্বলগী মতৌগুম কোয়শিল্লি অরাবা চংলক্কুনবগুম
অমগী মুংঙাইবদো অমদা খু:শিন্নবগী মতাগুম
লুম্বু-লুম্বু শাই ফোংদোক্লিবা আশাদো ফংজ্জরবগুম ।

ভরেৎ শেঙ্গা তিংদনা করম্না য়াওশং য়াংসিগে ?
হৈনৌ মপাল শাৎলবদা কোকিলনা করম খোংলোইদগে ?
থম্মোইগী মুংঙাইববু পৈশানা লবা ফংবরা ?

অ:বের খুবাম্ খুবাম্না হরাও মায়থোং য়েক্লি
ঈশিং চাইবীনা চাইবগুম অবেরমক্তিনা হকচাংদা চাইরী
হাঙলবা ফুরিৎথাউনা শাওরংনবা শক্তম য়েংদুনা নোক্লী
মুপিমচাশিংনা মুপামচাশিংবু তান্নরী, মুপামচাশিংনা অমুক তান্নরী
ফি-মুম্বীদ্রবদি মুংঙাইগনি থল্লী, মুম্বীদ্রবসু থরাই রাই
অবের তৈবিদ্রবদি ফগনি নিংই, তৈবীদ্রবসু মুংঙাইতে
অরাম্বা ফাওদে, চোকথবা লৈতে, উরিমখৈ কুম্মৈনি
মুমিৎ মঙানি অদু নোংমতা ওইরবোই মনিঙই
ঙাইঙমদ্রবা মিকুপ অমবুদি যুগ অমগুম মথল্লি
মতমগী অমুক করি অরেপ্পা লৈরিবগে ?

য়াওশং লোইরে হায়বা কনামত্তা থাজনদে
মুমিৎ তাগ্রবসু মুমিংলৈদি লেঙদনা শাৎহৌরী
থাবলনা ঙান্দ্রবসু থাবক্লৈদি মদোম ঙালহৌরী
য়াওশং লোইগ্রবসু বসন্তদি লোইবা লৈতে ।

শজিবু চৈরাওবগী চীং কাবা মুমিত্তা
মচুমচুগী ফিজোলনা লৈতেংলবা শাবী-শানৌশিংনা
লৈপরেংগুম খুৎশন্নবা থাবলচোংবা লোইরগা
বসন্তগী হয়াও-কুপ্মে লোইশিন্নসি য়াশক্লে
ঙাইঙমদ্রবা য়াওশং অদুবু কৈদৌঙৈ লাকবা ??

তাং ১২/১২/৭২ ইং

## থোরক্লো কবি মণ্ডলৈবাক্তগী

যুগ কয়াগী মমাংদগী হৌনা
মীওইববু মুংশিবা থম্মোইগী মুরনা
মতমগী তাপ্পা চাননা নংনা
ঈশৈ কয়া শক্লকই শুপ্পাৎনা।

শক্তি অমমুং মিংচৎ তান্নবদা
মাপ্পুবা সান্তি অমমুং পুন্সিবু
থরাই হাপ্পবগীদমক শক্লিবা নংনা
ভারয়োই নংগী মুংশিরবা মুরদো।

লাইরবা অমদি ইনাকখুনবা অনিমক
নিংথৌ অমমুং মীচম পুন্নমক
আইনগী মিয়েংদা, মান্নগনি কান্নবশাই
আইনগী মমিত্তা লুপাগী আনোক।

তাররোই অচুম্বা ম্নাকৎ লাইরবগী
মীচমগী অমসুং লোমী শিন্মীগী
ঐ-নং-মা হায়বা ম্নাক্লবা খোঞ্জেন্তনা
থনপ্রে মখোয়গী সুংশিহৈত্রবা নাকোং।

ওৎলিবা অমসুং ওৎপিরবা অনিগী
য়েংথিনবগী মম্নবা মৈখু মরক্তা
ফংদ্রুনা মাঙলে নংগী নিকুঞ্জবন্
থাদোক্লো ওসিদি কল্পনাগী লৈকোল।

অতোপ্পগী মম্নাদগী মুন্দুনা চাবনা
অচুম্বা ওইরে, অফবা শক্লে
ঙমজদবা কয়ানা খোৎরাংনা ঙাইজরি
কনাগুম্বগী খম্নাওগী পাথরকপা খরদং।

কদাইদা লৈখরে অচুম্বগী পুজারি ?
মঙালনা অমম্ববু কিদ্রুনা চেল্লত্রা ?
মীগী মরক্তা ধর্ম্মা লৈখিদ্রে
লাইশংদা তুমিন' লোম্থোক্তবগুম্ লৈগ্রমাল্লে ?

পায়খৎলো কবি সমাজবাদকী তেন্
তেঙ্গা থোংলো কুবের লৈকোন্দা
হেকলুরসি নিংথিবা সনাগী লৈহাও
থোরকলো কবি মঙলৈবাক্তগী ॥



তাং ২৩/৭/৭২ ইং

# পিরাং

তাইবং য়াঙ্গোলশংগী নরা অপিকপা
হঁঙা হঁঙা করিগী মীকপ্পা
অরাবনা শৈশেহৌবা পুন্সিগী শৈশরক্লা
কপ্পনা লোম্বা তাইবংগী তেংথারা ??
কংঙমদ্রবা ঈচেল মিৎলু পিরাংগী
উঙমদ্রবা থম্মোইগী করম্বা লোকমুংদগী
চেম্ঘরিবা লেপ্তনা পুন্সিগী খোঙমুংদা
তিল্লিবা নহাক্লা করম্বা ঈপাক্লা ??
সোরারেনগী মবুংঙো ইন্দ্ররাজগী য়াথংদা
ইঙা ইঙেনগী নোংজু পাম্বাদা
হঙোইগী তেংথা-নাঁঙই ঈশৈদা
জি-জি থেংথারি নোংজুগী যন্ত্রদা।
নোংজু মতমদদা নোং চুবা
অরাবা তাঙ্গোদদা পিরাং শিন্থবা
নত্তে মদুতনা পুন্সিগী শিন্থা
উল্লেলক্তস্থ নোং, হরাওরক্তস্থ পিরাং।
মালেমগী মথক্তা নোংদোম্না কুপ্তুনা
ফাহনা থম্মে পুন্সিগী পম্মুংদা
মুখৎপা ঙম্লরোই মিৎলু অনিদগী
অরাবগী ঈরিক, মুংঙাইবগী ঈরা ॥

তাং ২৮/৫/৭১ ইং

# পোমশাংনবী

শাংলসি নিংবস্থ মিপাইজবী
পোমখিসি খনবস্থ নৈতাদবী
নিংজিং মাংজিং নৈনারক্তা
ইকাই সুংশি নৈকাসুংদা
পোমশাং নৈশাং ভমজরিবী
বসন্তগী শকফম উৎলিবী।

অয়ুকী কোরৌ মশেক্তা
মাইগৈ তরা শীনবদি
মালেমগী ফজবা উৎপরা ?
মিৎফম নাইদ্রিবা মিয়েংনা
নৈন নৈন য়েংবদি
পুন্সিগী মগুন শকপন্না ?

ইকাইনা লোৎখিবা ফজবদো
ঈথক্লা কেকু ফোংলেনে,
সুংশিবা নৈনমগী দোলাইদো
নোম্না হাইনা চৎলক্লে
পাম্মুনা থম্মীবা নৈরিক্তো
'পাম্মুবা' মাগীদমক লোৎপরা ?

শকউদবা খোইরাংবা শক্তি'মনা
থুজেং পা.লাইননা চিংদুনা
ঈথক হৌরবা হকচাংদা
তপথদ্রবা জগোইগী ঈরাংদা
থরাই হকচাং অনিমকপু
বসন্ত-রাগদা ভাওহল্লে।

খোইমু খোঞ্জেল তাবদা
লৈরাং লৈনা হাইরক্লে
শিঙেল লৈখোক নিরক্লে;
মিৎচাননা য়েংজনিংবনা
পূক্লিং তনিক তনিক্লে
মদোম নাইড়োম শাৎঙমদ্রে॥

তাং ২১/১২/৭৩ ইং



# কপকন্নু কনা অমত্তা

কপকন্নু কনা অমত্তা
ঐনা শিরবা মতমদা
কপকে খল্লবদি কপ্পু
ঐনা হিংলিডৈ মতমসিদা।

ঐগী লাইনাদি পুন্সিনি
কনানা লাইয়েংবা ঙমদ্রবনি
মাহাগী হিদাক চাদুনা
ঙসি ফাওবা হিংলিবনি।

কপকে নিংলবদি কপ্পু
চাবা শেংপা ফংদ্রবশিংগী
তেংথাগে খল্লবদি তেংথাও
ময়ুম মকৈ লৈত্রবশিংগী।

ঐনা হিংলিডৈ মতমসিদা
ঐগীদমক কপ্পিরবদি
ঐগী পুন্সিগী লাইনাসে
তথাই অমদি কোকনি॥

তাং ১০/৫/৭৪ ইং



# সনরিক পক্লেং

মৈতৈ লৈকোন্দা শাচ্চবা
লৈরাং লৈচল্ য়াওননা
শিঙেল্ লৈশীং শুননা
লৈরাংবা কবি অথোইবা !

নংনা লেংলমবা পরেংসে
মৈতৈ মুপা মুপিশিংগী
ঙকশমদা মতম কুইনদগী
লৈতেং লৈরাং ওইদুনা
মীওইবগী থম্মোই হুরিবা !

গমলাদা হৌবা লৈরাংনা
নত্রগা য়ুমগী লৈকোন্দগী
লেংখিবা পরেং নত্তেদো,

মীনা মশক খঙবীদ্রবা
তাম্লবা লবুক লক্ষাংদা
চীক্লবা চীংনুং মায়ুংদা
শুক্লবা উমং রামংদা .
কনা খংবী উবিদনা
অরেম্বদা লৈমন চনগ্রদোবা
শিঙেল লৈরাংবু থিদুনা

পুক্নিংগী য়েন্দাইমুংচুদা
কাঞ্চি কৌবা নশাইগোন্দা
থম্মোইনা লংলা ওইরগা
রাখলনা লংজিল শেমদুনা
পুক্নিং লৈতানা লেংজখিবা
নংগী পরেং নত্রা ?

" মতম কুইনগী তুংদা
লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচম্নু
মৈতৈ সহিত্য মন্দিরমুংদা
য়েন্দাই থম্না লৈহাপ্তুনা
কৎলুসি ইমাগী খুন্নাখাদা "
নংগী লৈরেং পরেংশিংদগী
পরেং মঙা অসিমদি
মৈতৈ সহিত্যনা লৈরিমখৈ
য়েংবগী পেনবা নাইররোই ;
খন্দোক্নিংঙাই লৈত্রবা পরেংশিংচুদগী
পরেং মঙা অসিতবু
ঐনা পামজরুবা ওইবনা
খ্বাইদগী ফজবগুম থাজরুবনি ;
মান্নবা পোৎশিংগী মরক্তস্তু
থেন্নবা লৈ থন্দুনা;

অপাম পামদা খনবতনা
তাইবংমীগী মথৌ ওইরিবনি।

মীওইববু সুংশিবা ঈচেলনা
থংম্মাই পানা চেনখ্রবা
কবি নংবু অথোইবা!

সুংশিবগী ওকশমদগী লোথোক্লুনা
মেক্লুবগী ওকশমদা হুক্লুম্বা
নংগী স্মরিক পরেংসে
বিস্ব তাইবংনা নৈরিমথৈ
খুইবা নাইদনা শাৎহোরগনি॥

তাং ৯/২/৭০ ইং



# মেছিল্লা মীরা

মেছিল্ল মসিবু মীরা
মশক্তি তশেংনা মীনি
লমচত্তি তশেংনা মেছিল্লি
মেছিল্লা মসিবু মীরা??

[ তাং ২০/৫/৭৭ ইং



# লৈহৌরোকো ইমা ধনমঞ্জুরি

ঙসি ইমা নহাক্না
নচা ওইবা ঐহাক্না
কায়নরমদাই মিকুপ অসিদা
পিরমনিংঙাই করি লৈজব্রবস্তু
বিদায়গী য়াহৈ থরদংনা
পুকমেল পাউমেনবা ফংবসিদা
নচাগী অপেনবা শকচরগে।

পুক্নিংগী অনিংবা কন্নাবু
কোংদোক্লবা মতম ফংখিব্রবা
মখোই অদুতদা কাওজবনি
কায়নবগী হুপুবা মৈচাক্তো।

হায়যুবা ইমা ধনমঞ্জুরি
লাইবক থিরবা নচাবু
কন্নম্না লমন কোকচরমসিগে!

অঙাং নবা ওইরিবৈ
নংগী তম্নাক্তবু পামজদ্রনা
ওয়া-থোইনা কপচখিবদো,
ঙসিসু অমুক নৌহোনা

ইমা নংগা কায়নরমদাইনিদা
সোয়ারেল ইথক্তা নল্লবগুম
ৱাবগী ঙমখৈ নাইখিদ্রে।
নংদি 'চায়াম পোকপিনিনা
ঐগা কায়নবগী অৱাবদো
মিকুপ'মগী মসুংদা কোকশ্রগদ্রা ?
অদুবুনে ইমা সুংশিহৈবী
মমা-মচাগী সুংশিনববু
মশিংগী মথা পোনবরনে ?
মমা মচাদি হায়রুসু
য়েক্ল-সুংশিনদবা মখোইফাও
কায়নবগী মতম লাক্লবদা
মরুপ্তগীসু কেয়া চায়বনি ;
কায়নরমদাই কৌবা মিকুপসিদি
লৈয়েংনা খৎপা থোকলিমখৈ
হায়নিংবগী লোইবা নাইদবনি,
পুন্সিগী খোংচৎনা লেপ্তবনা
মদুগী মতমসু লৈত্রেদো।
অদুনা ইমা সুংশিবী
নতস্থাক্তা অমুক্তং কোনবীরগা
সুংশিনা নচাবু চুপ্পিরগা
বিদায় পিবিরো ঐঙোন্দা।

স্নেংউ ঐগী মরুপশিংনা
পুন্সিগী তোর্বান্দা লেপ্তুনা
মথুং খত্তুনা কৌরিবসে !
চংলগেকো ইমা সুংশিবী
লৈহৌরোকো ইমা ধনমঞ্জুরি !!

তাং ৮/২/৭০ ইং



# কেজনিংবগা রাউজনিংবগা

মপান্দা কজ কজরবা দলাল
মমুংদা ওহোক্লা মল্লবা কা
ভাল্ল ভাল্লবা ইলেক্ট্রিক পাউমৈ
পাউমৈ মরুমদা মল্লবা থম্মোই.
মশা নাল্লবা য়াঙলবা কার
কারগী মমুংদা মোংলবা রাখল।

তাং ৩০/৫/৭৭ ইং



# শমজিগী লৈরাং

মৈতৈচনু লাইবকথিবী !
কুমজা য়ামে শাংখিদবা
নংগী শমজিগী লৈরাং।
অপাম-ঈথক হৌরবা
খোইমুগী মিরেংবু ফিজবনা
লৈনারক্তা লোংলিবরনে ?
লৈরাং কুইমনখরেদা !
নত্রগা মৈতৈচনু —
অচুৱৈ নোংচুপলোমদগী হুয়রকথিবা
চংনবীগী অকনবা সুংশিত্তুনা
মালং খোংগাওনগ্রবরা ?
নত্তেনে মৈতৈচনু —
কুনশুবা বিজ্ঞানগী যুগসিদা
মেছিনগী অমম্বা মৈখুলক্তা
লৈরাং লৈমন চনগ্রবরা ?
লৈরাং কুইমনখরেদা !
নংগী শমজিগী লৈরাংদো
অমুক খুইবা নাইদনবা
চেনা শাগে খৌরাংত্রা ?

শকনা লৈমনদগী কেল্লব্রা ?
ফজনা উরিবা 'পুম্বসে
ফজবা ঙাক্তি খল্লব্রা ?
নংগী পুন্সিগী ফিদমবু
মিৎনা উবা অঙকপা
মসিগী মতৌ তম্বরা ?
হায়যু মৈতৈচম্ম—
চিক্লবা থাবলগী অহিংদা
মালং পাউজেল কংবদা,
মুংশি-কৈবা খোইমুশিংনা
লৈয়াং লৈকা তম্লকপা
গুণ-গুণ ঙংলকপা,
লৈরাং লৈমা হাইদরা ?
খম্মোই নংগী নিক্তরা ?
অতুগনে মৈতৈচম্ম
বাখল, লমচৎ, ফিদম
শেংলবদি শাৎলিবা লৈরাংগুম
লৈমন চনখিনি চিংনগম্মু
নগুণ শক্লোই নিংলুম্মু ;
লৈমন চল্লবদি চল্লসম্মু
লৈখোংদা শাৎকে খল্লুরম্মু ।

অদুবুনে মৈভৈচদু—
যুগক বসন্তনা লাকপদা
ইতিহাসকী মাওমা হল্লকপদা
নংগী শমজিগী নৈরাংদো
নাচোম চাউনা চিল্লকখো
কুমজা কয়া শাৎলকখো॥

তাং ১৭/১/৭১ ইং



# মিকুপ থোকলে লাইথীবী

চৎলোকো ইতা!
নৈহৌরগে ঐদি
নং—ঐনা
অদুগৈ শাম্নমিন্নরবা
পুন্সিগী হিদেন্সিদ
চৎলোকো ইতা
পুন্সিগী হি-সিদা

হিনাওশ্যাবা মহাকা
সুংশি ঈপাকন্নায়দা।
অরাপ্পদগী য়েংলকউ
তুংহন্না অমুক্তং—
উগনি ঐবু
থাবল মঙালগুম
মুশি-মুশিবা।
হৈনম কৈনন্না চুরবা
নোংঙাল্লমদাই সুংশিৎনা
থরাই পানবা পুন্থগী
পুক্নিং হুবগুম
খোইনা হেন্না;
হৌগ্রবা পুন্সিদা
নং—ঐগী
খৌদোক কন্নাদা
অরা-সুংঙাইগী
লুপথরেনে পুক্নিংসে।
অঙাং নরা ওইরিবৈ
ইতা নংগা অদুবৈ,
তন্নাং-তশোইবা রাথলদা
চাকথোংবী শান্নখিবদো
নংদি কাউগ্রগনিদো;

মরমদি ঙসিমখৈদগী অংদি
লাইবককফবা মহাক্কী
মুংশিবগী পূজারী ওইগ্রবনিনা।
ইবাম্বিনা শেমজখিবা
নাওশুমথক্তা শুমজখিবা
লাইখিবীদো ঙসিদি
মিকপথোক্লনি নংগীদি :
নোক-খেনা হয়াওনা
ষণ-শানা চেন্দুনা
ই-মো হায়না খোংজুনা
নংগী তম্পাক্তা চেল্লক্লনি ;
খোজেল অদু তাবদা
কাউগ্রগনিদো ইতা নংদি
হৌগ্রবা পুন্সিদো—
নং-ঐগী.
থৌদোক কয়াদো —
অয়া-মুংঙাইগী ॥

তাং ২৮/৫/৬৯ ইং

# কনাগী ওকশমদা

কনানো !
ভথক্রবা মিরেং
চোকথরবা পাম্বোম
করিগী থাদোক্তবগে ?

নৌরবী খুত্তগী
লিংথিরবা পরেং—
কুন্দো-পরেং ?

পামজবা করানা
ওকশম থাজত্তুনা
খৌরাংনা ঙাইজরি
নংগী পরেংদো,
মুংশিদরা কুন্দোসে
মুংশিদরা পুম্নিসে ??

য়েংউ লাক্লে—
চামথোইরবা মহাক্কো,
লৈনারক্তা লোত্তুনা
মুংশি চেংলৌ মেংবতনা
লিং'থুংবা শক্লগেরা ?

## ঐ ১সুং পৃথিবী

লাকও হুক্লরো
পুন্সিগী পরেংদো !!
× × × × × × ×
নখুৎমক্লা লেংজবা
নঙকশমদা হুক্লবা !!
নিংজরুবা মহাকপু
থাজরুবা লৈত্রবা ?
থাজদ্রবদি করিগী
সুংশিরুবগে মহাকপু ?
সুংশিরবদি করিগী
থাজদবগে থঃম্মাইবু ?
‘ মহাক্তবু ’ সুংশিবা
‘ নহাক্তবু ’ থাজবা
খঙলে নংগী পরেংসে
‘সুংশিবা ’ মঙোন্দা হুক্লরোই
‘ থাজবা ’ মাঙোন্দা হুক্লনি ॥

তাং ১৬’১১/৬৮ ইং

## স্বর্গগী মোংফম

ইজাতিগী নোংশারেল
বীর টিকেন্দ্রজিৎ।
মৈত্রবাক্কী অথৌবা
থাঙ্গাল মেজর।
মৈতৈ লৈকোন্দা
থবাংনবা শাৎলম্বা
পুন্সি-লৈরাং কেনবদা,
মৈতৈ লৈমগী
মিৎলু পিরাং
থক্রুনা শিন্থখি।
ইরৈবাক্কী স্বাধিন্তা
ইজাতিগী পুন্সি
থুপচখি নরুমদা
ঙাজখি নগুণদা।
নোংচুপকী তোর্ব্বান্দগী
ইতিহাসকী মুংশিৎনা
হুন্নকখিবা সম্রাজবাদ
ম্লেছকী থুয়া-উফুল,
অংচৌবা চীংজাওগুম
মায়ওক্লনা লেপখিদো।

ফার্সিগী সগাইদো
স্বর্গমক্তি খল্লবরা
ভক্তশিংনা নিজবদো ?
মথৌনা লৈবী
চন্দ্রশিংনা লেংজবা
লৈরাং-পরেংগুম
খল্লবরনে অথৌবা
ফার্সিগী থৌরিদো !

ও..............................

মীওইবগী পুন্সিদা
অদুক থাংগুমদবদি
অমুক থোক্লকখিগদ্রা ?
ফোংদোক্তবা অরাবনা
থম্মোয়গী কাচিন্দা
মদোম কপচহৌই।
অরোইবা মিকুপ্তা
মোমোন মিনোক্লা
লৈতেংলবা শকফম্না
চৈনা ফংলবা
কায়রবা থম্মোইবু
অথৌবগী মশিঙ্গাং
রাগম্নু থেমজিনবিরম্মী।

উজবা ফংহৌদ্রবসু
সুংশিরবা শক্তমদো,
কায়নরুমদাই মতমগী
নিংঙমদ' মিনোক্তো
ঙালহৌরে মুৎনাইদনা
ইতিহাসকী লমাইদা
শাৎহৌরে কেমনাইদনা
সহিত্যগী লৈকোন্দা।

লাও ঙসিদি
মৈতৈ লৈমগী
পারি মযোমশিং
শিরাংনা চামথোক্লবা
ভক্তিগী তর্পন্না
কৎলুসি শহিদশিংগী
স্বর্গগী মোংফমদা॥

তাং ৯/৮/৭১ ইং

# লৌশি পান

থম্না থম্বাল থমচেৎ
থরো থাংজিং থারিকথা
পাৎকী পোম্বী পেন্নকম
পকচৈ লেমজৈ নিংথিজৈ
লৌশি শীন্না শাৎপদি ।

লোংচুপ মায়গৈ মায়ওন্না
চুমথাং মচেৎ চীংশাংনা
অচৌবা চেকপল চন্দুনা
লৌশি লাম্বন শেমদুনা
কোয়না কন্না কল্লিবা ।

ইঙা ইঙেল লোম্নঙৈ
চীংগী চীংদোল শোকপওই
ইংল' লৈচিন্না লেপ্লিবা
যক্ষগী লৈচিল-দুভিগুম
পুক্লিং নৌনা নিংথিবা ।

লৈতেং লৈরাং লৈরিক্লা
লুর'-লাইজ লোইননা
ইংল'-মুংশিৎ ঈরোইনা
অচৎ-অওক অপুম্বা
অমুত্ত মহাও তংহন্নে ।

থাদোই খোইবী থাসুংশি
শেম্বী লোইদা লৈভেদা
লেমলৈ ভাথি' লাকখিবী
শাবী-মাঙ নিংশিংনা
সুংশি দৃশ্য শেমজখি ।

সুমিদাংরাইরম য়োবরাই
নিংশিংনা সুংশি মরানম্বাই
কোল্লম্বা হি-য়ামস্থ লেপ্তুনা
সুংশি শক্তম য়েংজনা
বিদাই-ঈশৈ শকচরী ।

শুঙ্গাৎপা লৌশিংগী শকফমসে
উররোই খম্না য়েংবরা
নোংচুপ চৌংগী চৌংয়াদগী
অরোইবা মিয়েংনা য়েংবদি
লেমজৈ লৈরাং সুমিৎলৈ ॥

তাং ৯/৮/৬৮ ইং

# লম্যাংনবগী হিরোই

পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক্তা
ঙঙ্লানবা যবনগী মঙাল্লক্তা
পোমশাংনবগী শীঙেল অমা
কনা খংদা-উদা
নোংগ্রিবা ঐগী লৈকোন্দা
ইদোম থম্মোইনুংসিদা।

নুংশিনা য়েংঙখিবা মিয়েং
খনখ্রমাল্লে খোইমুগী লমচৎনি
ঙকচাননা লেপখিবা মমাংদা
মিহৈ।চাউবগী মওংগুম নিংখ্রবোই
চিঙ্খাঙ্খোংগী য়াহৈ ফোংঙমদবা
নুংশিবগী ঈঙ্গিৎনি থঙবিখিগ্রে!

মহাক্কী ফজবগী ঈপাক্তা
তাউথরী নুংশি-হিরেনসে
হিরোই কয়ামসু ছোল্লক্লি
নিংখিরবী ঈপাক ভল্লক্লি
ঈথক-ঈপোম হৌরক্লে
নুংশি-শক্তম মাঙখরে।

মুংশি ঈপাক্তা কোল্লুবা হি
লম্বী খঙব্রে লম্মাংনরে
মুংশি খঙবা মিৎলৈনা
তাকপিয়ু আশাগী লমথুংকম
থৌজাল হৈবা থম্মোইনা
পিবিয়ু পুন্সিগী পম্বুংকম ॥

তাং ১৩/৫/৭২ ইং



## চেকথাইদোরে পৃথিবী

বারেদা ইমাসে !
চহি লিশিং কয়া খাঙলকপনি
বানা বানা,
অবাবা খাঙহৈবদা
শীংখানগ্রবনি ইমাবু—
'মালেম লৈমমুক অখাঙকনবী'।
অতুবু বারেদা ইমাসে ঙসিদি
মচাশিং অসে খৎনদ্ধনতা লাকই
অকনবশিংতনা চাই, অশোবশিংনা কপ্পি।

য়েলহৌগৈদগী হৌনা মখোই মশেল
থরভনা মপু শাদুনা
মীয়ামবু মিনাই ওইহন্দুনা
মীনা মীবু ওৎপা হৌগ্রবনি।

অদুগী তুংদা অমুক
থরনা নিংথৌ শাই,
মখোইনদি হায়—
শাবা নত্তে, ঈশ্বরগী দুতনি,
হায়সন্থু হায়নিংবগী হায়বনি;
অদুগা মীয়ামবু মীচম ওইনা
শা যগণুম ওৎ-নৈদুনা থম্মীরকই।

ভসিদি ঐখোই নিং-খা তম্মে
নিংতম্বগী উৎসব কয়া তৌনৈ,
অদুগা হায়নৈ—
'মী খুদিংমক মান্নরবনি
মীনাই ম্নোহিলং থদৎলবনি';
অদুবু, 'লাইরবগী থাক্তা মান্নবা ওইরম্লে
পৈশাগী ম্নোহিলংনস্থু চেজেৎ পুল্লম্লে'।
নিংথৌ পানবগী সমাজদু লোইগ্রে
সিংহাসন্দো মীয়ামদা শিন্নরম্বনি—
রিপব্লিকদে, ডেমোক্রেসি,

অদুবু কোটি-পতিশিংনা মুনবীগ্রে
চুমনদা মুনবা নত্তে—
অনিশুবা নিংথৌ ওইদুনা
চীং-লেম্মা ফম্বা হৌগ্রবনি ।
মিকুপ্তা 'শী'নাইদনা শাবা শেলবু
কয়াদা ব্রাংনা লাম্বা ফংদনা থমগ্রবা !
মীগী পাঙ্গলবুনা তেংপাক নৈতুমগুম থম্মরক্লবা !
শেৎন-ইন্নবা ফিনা অতিয়া পৃক্লা থমগ্রবা
মফমদুদা ঈংবনা থব্রাই কন্না থাগ্রবা !!
চেং-ফৌনা চীং-চীংমুক ব্রাংনা পৈগ্রবা
মফমদুমক্তদা মবুক পান্নদুনা চাবা ফংদনা শিনগ্রবা !
ঙাইবা ঙম্লরোই মান্নবা সমাজ
থব্রাই থাদোরে পৃথিবীগী মচাশিং
ম্নেংঙমদ্রে ইমা পৃথিবীনা
মচাশিংবু সতি সিতাগুম
অন্নাবা কোকপিরগে মঙাগুম
চেকথ ইদোরে পৃথিবী ॥

তাং ১/৭/৭৪ ইং



# হল্লকপোনে হললকখো

থরাই— হে যবন! নংবু চাননা চৎপা ভারত্রা?

যবন— চৎলগেনে থরাই, মতম হেল্লে নংগী নাক্ত নৈগদবা।

থরাই— চৎখিনুবা ভাইখো, নংগী বিদাই রাহৈসি ভাবদা,
মুংশি-চান্নবী মহাক্কা, শেৎনা-থাইনরদো' মওংগুম
থরাই ঐনা তনিক তনিক্কা খাঙলিবসে উদ্রবরনে?

যবন— অদুদি, হায়য়ু—নংনা ঐবু কন্নাম মুংশিবগে?

থরাই— হে অনোবী! করম্না রাহৈনা নংবু মুংশি হায়গনি!
নংদি থরাই ঐগীসু থরাই ওইরিবনি; নংদগী অশানা
হি জবা ভম্লীবনি।

যবন— ঐদি লেপ্তবা ঈচেলনি, নংনা পামজবগী ঐবু
খিংদুনা থম্মনি। নোংমদি পল-শারিবা থরাই
নংবু ভাক্রমদনা নমখাইদুনা চৎখিগনি; লেপ্তবা
ঈচেলবু কনানা মতমদুপ্পা খিংগা ভমগনি?

থরাই— খিংবগী ইতিক্তি নৈজদে, মুংশিবদদি হায়জবা
নত্তনা অতৈ পুন্নমক অরেম্বনি হায়বসু খঙজে।
অদুবু, কায়ন চৈফু অদুবু কিজবগী হায়জবনি;
কায়ন-মৈচাক অদুদি নোংমসু কোকখিবা য়াই,
কায়ন-চৈফম অদুদি পুন্সিদুপ্পা নৈহোরগনিদো॥

যবন— য়ারে য়াম্না রাগনবা, মুংঙাইরে থোইনা
    মুংঙাইথোকপা সগোলগী খোংজেলগুম অরেপ্পা
    লৈতবা ঐগী পুন্সিনি। ঐবু মুংশিরুগনু ঐবু
    থাজরুগনু।

থরাই— অদুবু, ঐদি যবন নংগী ননাক্তা পুন্সিচুপ্পা ক্ষমদুনা
    অনৌ অনৌবা সুরদা, ঈশৈং কন্না শকচনিংইনে।

যবন— রারোরনু ঐবু, মতম কেন্নে, থাম্নগনু।
    য়েংউ উদরা— পোমশাৎনবী লৈরাংশিংনা
    ঐবু ঈথৌ লাংনা ঙাইরিবসে!!!
    বসন্তনা লাকপদা নংগী ননাক্তা হন্নকনি,
    থাম্নগনু ঐবু, থাদোক্লোনে হে থরাই॥

থরাই— হে অনৌবী। নংনা ঐবু থাদোক্লুনা চৎখিবা
    নত্তনা, ঐনা নংবু করম চংংলা হান্নগনি??
    নংনা চৎপদা মতাব্রবনিনা, নংগী মা.গৈ
    য়েংহুনা, বসন্তবু ঙাইজহৌগে; বসন্ত ঋতুনা ;
    লাকপদা; যবন নংগী ননাক্তা, থরাই ঐনা
    পোথাজদুনা, মুংশি ঈশৈ
    শকমিন্নসি, হন্নকখোনে হন্নকখো!!

তাং ২৬/৩/৭৪ ইং



# নোংজুগী ঈশৈ

তাসি লাও ইতাশা
নোংজুগী ঈশৈ তাসি
হঙোইগী ঈশৈ তাসি
নোংজুগী যন্ত্র তাসি ।
চেম্থরি জুরিদা চেগী-হি
তাউথরী ঈচেন্দা কোঙ্গোল-হি
হিমায় ঙাওরবা হিরেন্নী
হিথুংফম খঙদ্রবা হিরোইনি ।
মুমিদাংবাই ওইবা তাঞ্জাসে
থবাই পানবা 'পুম্বসে
চিনবান নাতৈ কাঙনদরি
তাইবং শেম্বগী স্বুরদা ঙাওনরি ।
লৈকোল লৈরাং 'পুম্বস্থ
মথংলেন বাখল নিংশিংদা
নাপ্ল লৈনা হাইদোক্লি
নোংজুগী ঈশৈদা শুম্মাৎলি ।
অমম্বা অহিংগী ঈপাক্তা
তিনপ্লে নোংজুগী ঈশৈ
মীচিকখোন তাদ্রবা মফমদা
লিনপ্লে নোংজুগী যন্ত্রস্থ ॥

তাং ৭/১০/৭৩ ইং



## নিংশিং-চৈনা

ঈথক ঈপোম য়াওরবা
কল্লবা পূন্সিগী ঈচেলসে
কয়াদা য়াঙনা চেল্লকখ্রবা
ঐগী মাইগৈ তমদুনা।
ঈচেলসিগী মায়মোক্তা
পূন্সিগী ঈরেল 'মুংসিদা
হৌখ্রবা মতমবু নিংশিংদুনা
খোংফম চেৎনা লেপ্লিবনি।
ঈচেলনা হায়রি—'থিংলগনু'
য়ানিংদে থবাইনদি য়ানিংদে,
মতম্না তাক্লি—'তাউথখ্রো'
নিংঙমদে থম্মোইনদি নিংঙমদে।
শুম্লৎলবা ঘবনগী হিদেন্সিদা
থম্মীরম্মো ঐবু পূন্সিচুপ্পা
পোমশাৎনবীগী মিনোক্তনা থল্লবা
নৈকোন্সিদা নৈজহৌরগে।
হৌখ্রবা মতম্না পিরকপা
নিংশিং-চৈনাতবু কিজবনা
পূন্সিগী খোদোক খুদিংমক
ই নাক্তা লেঙদনা থমনিংলুবনি ॥

তাং ২৫/৪/৭৪ ইং

# লংলু ৱাক্কৈজরি

থিংথৌ মতোলগী শউমদা
অয়ুকী লিক্লাগুম লৌক্করিবী,
মেঙলবা থাবল মঙালদা
কুণ্ডো লৈরাংগুম শাচ্চরিবী,
নংগী মুংশি মঙালদা
শাচ্চগে থম্মোইদ্ৰ লৈরাংসে।

থৱাম্মীচাক্কী মঙালনা
থাবল্লক্কা তিনখিবগুম
অয়ুক উবা থাজনা
কোরৌ মঙালদা লুপখিবগুম
লৈকোল লৈরাং শিখিবক্কা
লংবু থোইনা থৌগৎলি।

হৈনৌ মপাল শাৎপদা
য়েম্নিং হুনবগী ঈপোমদা
নোংদোন খেৎনা প্লাইরিবা
পুন্সিগী মণ্ডপ শক্লিবা
ফজবা তেনৱাগুম্বী লংবু
য়োক্লিংলোইদবা কল্লানো?

ঐ ১সুং পৃথিবী

বসন্ত ঋতুগুম নৌরবী
নংগী সুংশি নপাউখোলবু
মেরা থাবলগুম ঈংলবী
নংগী সুংশি মায়থোংবু
কনাগী থম্মোই লৈরাংনা
ঈথৌ লাংনা ঙাইরোইদগে ?

তাং ১/১০/৬৯ ইং



## চীংগী লৈরাং তমগী পাখং

নুপি— তমগী পাখং সুংশিবা
থম্মোই খোইমু লৈপাম্বা
চীংজুম লাইজ্ঞ ওক্লবরা
ইংল' মালং কাউরবরা
নিঙোলবু থাদোক্লগেরা
পুন্সি মূর্ত্তি কায়হল্লগেরা ??
নুপা— চীংগী চেক্লা চান্নবী
পুন্সিগী ইথৌ য়াম্বনাব্রী
ননাক্তা কুইনা লৈঙমত্রে
ঙাইরমথো অমুক হল্লকে ।

নুপি — নুংশি কিগাও য়ায়মদাই
চৌং-ভম মায়ৈ কায়বদাই
পঙল' চৌংমী নিংঙোনবু
খুজেং পালোইননা পুববু
পাখং পাইমা চিংনরবা
নুংশি নখোী ওইত্ৰবা ??

নুপা — নুংশি হায়না করম্না
নোক্না চাওবা তম্পাক্তা
য়েংকা ওইগা চত্তুনা
নোক্না-মৈশা খাঙ্গনি ?

নুপি — চৌংদা শাৎপী উথম্বাল
পাক্তা শাৎকে নিংলুবা
ঈরাক্লনবা তারেকো ;
লোইজিং লোইয়া ইঙেলৈ
তমগী মালং ঙাইরুবা
লৈখোক লোক্লনবা ওইরেকো ॥

তাং ১০/৭/৭৪ ইং



# সকুন্তলাগী বিদাই

নুংশিরবী থোইনৌ অনসূয়া
চায়রবী ইতা প্রিয়ম্বদা
চৎপা তারেনে ঙসিদি
নখোই 'পুম্বা থাদোক্কুনা ;
কায়ন' মৈচাক মৈরীসিনা
পুক্লিং মৈশা লাংহল্লে।

কায়ন' মহু চাউরবস্যু
মীওই মপোক্তা পোক্লবী
পুকমেন পাউমেয়বা ফংইদো.
লৈরাংগী মপোক্তা পোক্লবী
হৈরাংগী লাংওন্দা ওঙলবী
করি হায়না পাউমেল্লমগনি ?

বনগী শক্তি মচাশিংসে
হানৌ শক্তিক উরবদা
ঐঙোন্দা মুনা য়েংদুনা
মিৎলু ঈরা ঈহৌরিনে
অরোইবা ওইনা ঙসিদি
হানৌ অসি ইনবিরমগে।

ইতা শক্লবী লৈরাংশিং
সুতিগী ঈশিং চাইবিয়ু
পলেম শক্লবী হৈপালশিং
কাউদনা মখোং শোমবিয়ু
ইচা শক্লবী শঙিশিং
হানৌ শজিকপু ইনবিয়ু।

হাদ পঙ্খৌ ওঃ সুংশিবা
নমোম ঐহাক্তী মপোনা
নিংঙোল ওইনা পোকলুবনা
পঙ্খোগী লমন শিংঙমন্ত্রে
পলেম ইমা লৈতবনা
মিৎলু ঈরা কংঙমন্ত্রে ।

নিংঙোল ওইবী মপোকসিদা
সুংশি ঈপাম লমদমদা
লাংওনগী শাৎলু ভমদবনা
পুন্সিগী লেল্লু য়েক্তবনা
মাঙ্গ মনাক্তা চৎলগে
সুংশি মকাদা ওঙলগে ॥

তাং ১১/৭/৭৪ ইং



# পোকন্নোইবা অমা

মী অমবু ময়াম্না শীংথক্তা থাঙৎপ্রে
হুমাইদ্রু পাঙ্গল পুথোক্লদুনা মথং-মথং হুম্নরম্মী
লৌরিবা শাদ্রু শরুক ফংহৌরোই মওংনি
মীবু মৈথাবদা মাম্নরিবা লিংজেলসি কল্লকইদা !
'ঈশৈগী বার্তোন্দু হাম্না চেলহল্লুচো
সন্দেশতি তলনা ফদোমাল্লে' হায়রকই অমনা ।
অশিবদুনা পাম্নরম্বা চেজেৎ অমা পুথোরকই—
হিদাক মমিং ঙাক্তনি ঙাক্তরনা ইরকপা ।
লফোই-লতং, উহৈ-রাহৈ কয়া পুনরক্লনি—
অশিবগী থরাইদুনবু চানিংলম্মশিদ্রা ?
'ঐদি শিরগা নৈনুংদা ফুমল্লিয়ু, অমনা হায়রকই
নৈবাক নৈহাওস্নু হেম্না তেম্নবা
হিংলিঙৈদস্নু হিংনবগীতা হোৎনবদা করিস্নু ওমন্ত্রে ।'
'ঐদি মিংশেল চল্লগা মনুংদা থম্বীয়ু
ইচা-ইশু, শুথাং লিশিংনা খঙজহৌনবা
মিংচৎ হায়ববু অসি মঙাইদনা' হায়রকই অমনা ।
'হিংলিঙৈদদা নত্তনা শিরফাওবা অপাম্বা থল্লিদা
হিংলিঙৈদফাও' মীনা তৌবদা য়ারবসিদবো, হায়রকই ১না
'মালেম নৈবাক্তবুদি থম্নুং নৈবাক্তনা মুংঙাইদা
মালেমসিদদি অচুম্বা ওম্নবা সেরফালা নৈতেদা
যমনৈবাক্তদি শুইদবা ঙাংবদো মরৈ থবৎ ককইদা'
ঈশৈ-শকপনা অশিববু থাগত্নুনা শক্লকইদা ॥

তাং ২/৪/৭৭ ইং

# নথন্তা হিংবা সুংঙাইগন্ত্রা

কনানা চাথোকখ্রে
এগী পুন্সিগী মহাও ?
স্বর্গগুম সুংঙাইরবা মফমসিবু
মোংফমগুম উহল্লিবসি কনানো ?
কনাদি লৈরি
মীচং-মীখাই নাইদবা
অশিবা নং নত্তনা ?
থাবলগী ঈপাক্তা ঈরুপলুই
ফাওগত্রিবৈদা স্বর তৎলমদোই,
কোরৌগী ফজবদা শুক্লাৎলুই
জ্ঞান তারকপদা পূক তৎলমদোই।
ইশা পান্দুনা পাইনিংলকই
পুন্নমক উনবা পান্নকই
অদুগা কান্নিংলকই—
ঐনা হিংবদা নখোইগী করি মাঙবগে ?
নখোইনা হিংমবা হোৎনবদা
ঐসু হিংলি হান্নবা করিগী কাউরি ?
নথন-নথন্তা হিংবদোনা খল্লিবদুবু
নথন্ত হিংববু সুংঙাইগন্ত্রনে ?
শিরগা থরাইখক্তা হিংই হান্ন -
মদুবু সুংঙাইরিত্রনে ??"

তাং ২৫/১২/৭৭ ইং

# কায়নদববু কল'মো

ইচিক হুনবা অহিংদা
নোংচুপ থংবা চীংয়াদা
পনশিরমদাই থাজগী মায়থুম্মক্তা
থম্মোইগী অরোইবা পাউদম !!

গুলাপকী মচু উৎলিবা
তগৎলবা মিম্না থম্বালদো
মতমগী চৈথেং ফংবদা
শিন্থুগনি মিৎলু ঈরা ॥

থম্মোই নৌবা হে কবি !
কায়নবা সুমিত্তা চান্নবগুম
কায়নগনি থন্দুনা নোংমদি
চেক্ত্থেৎনা পায়বরা কলমদো ??

উনবা, থুংনবা হায়বদো
লেঙদবা চীংজাওনি থাজদে
উনবদি ভেল্লবা পুক্সিদনি
কায়নবদি যুগ কয়াগীনি ॥

থাবলগী অহিং কয়ানা
হুয়াও মোমোম্না চৎখ্রি
শুক্লবা অহিং কয়ানা
মদোম লোম্না কপচরি ॥

তাং ১৩/৯/৬৯ ইং



# অওনবা সরকার

মন্ত্রি পুন্নমক রাশক লৌস্ত্রে
সম্বিধান পায়ডুনা পুকচেল তেংখোকত্রে
ঙসি অওনবা সরকার লিংলে
সনা লৈবাক আশাপুরদা।
লাইব্রিকসু ভস্পীবা, থবকসু পিবা
কুমসিগী বজেত্তা অনিমক্তি ঙম্মোইদৌরে,
থবক পিদবা মাদে হায়রগা
স্কুল কলেজ থোঙ লোল্লগনি,
মাম্নগী এমঃ এঃ, বিঃ এঃ শিং থবক পিরবতুংদা
হান্নগুম অমুক ভস্পা হৌগনি।
শেঙ্গাবা মন্ত্রি অফিসার এমঃ এল· এঃ
অঙম অওর্ম্মদা দণ্ডি পিগনি;
মনিংথোংদা লোইনবীশিংদা লোম্না পিরম্বদি
য়ুম্ফম য়াওদবনি, শেঙ্গাবা কৌরোই।
কুমসিদি লাইস্নেংশং 'পুম্বা থোঙ লোল্লগনি
মসিনা মীশিং হস্তহনবদা তেংবাংগনি।
কর্ম্মচারীশিংগী ভলব ককথৎলগা তুংশিনবীগনি,
মসিনা খরচ হেম্নাভৌবা থিংলগনি।
ঠিকা পুন্নমক মন্ত্রি এমঃ এলঃ এঃ গী মীদা
কোটাদা, পর্সেন্টেজদা পিরগনি;
লম্বী থোং বিলদিং পুন্নমক

চহি ওন্দনবা ঠিকাদারশিংনা হোংনবীগদবনি
মসিনা মাষ্টর-রোল শুবশিংগী থবক পিগনি।
সরকারনা পোৎ-চৈগী মমল লেপ্লে
অহোংবা মমলগী দুকানসু হাংলে
অতাওবা দুকান্দগী শুক্লে লৈবীরুসু।
লৈবাকসিদা লাইরবা অমত্তা লৈহল্লরোই
ইনাকখুনবশিংনা লৈকম থরা পিবিয়ু।
কর্ম্মচারীশিংনা রাজনিতি য়াওবা য়ারোই
সরকার পায়বা পার্টিদদি কায়দে।
লৌমী লৈবনা লৈবাক লিংশিবনি
মখোইনা শুবনা ঐখোই সুংডাইরিবনি
শিহনবসু য়াদে, সুংডাইহনবসু য়াদে।
বিজ্ঞানগী যুগতি শিল্পগী যুগনি
মখোইনা বারিমথৈ মপুনা সুংডাইগদবনি।
এমঃ এলঃ এঃ চোংবা শুকয়া য়াররোই
আইন শেমগ্রিডৈদা খপচোং চোংহৌরো।
মন্ত্রি ওইহৌদবা এমঃ এলঃ এঃ শিং অদু
মন্ত্রিকম অমুক পিবা ওয়নবা
সরকার থরতোয়নবা হোংবগী বাতনি
গভর্ণমেন্টতি মরা য়াম্না চেৎলি।
বিরোধী-দল অমত্তা থম্নরোই
অওনবা সরকার লিংলে ওসি॥

তাং ১৬/৫/৭৭ ইং

## চাক লাম্বা

ফজবদা লাম্বা লৈতবী অমা
লাইরবা ফুমুদোন নোংয়াই থাদোক্লম্লগা
মপাঙ্গুম্বদুগী রাণী অতোম্বী ওইখ্রিবদু
চাক লাম্বা কোক্লবনি হায়রৈ।
অঙম-অথৌশিংনা টুরিষ্ট-হোম কয়াদা
থবক হাপ্লিখি, প্রমোসন পিখি
মশা-মশা য়ানবদনিনা
শেলদি কয়া ভিংখিদমাল্লে।
চাক লৈত্রবদি মী লৈত্রে
মী লৈত্রবদি ইজ্জৎ লৈত্রে
ইজ্জৎ অমা ফংননবা
ইজ্জৎ অমা মাঙবা তারবা!!
প্রকৃতিবু মীওইবনা কয়ারক মায়থিবা! পিথ্রবসু
অরাম্বা নংতদি জয়তোবা ঙম্মোইদৌরি;
মীসি চাদনা হিংবা ঙম্লবদি
ওয়ৈতেনবা করম্বা অওনবা সভ্যতা ?
অরাম্বা কোকহম্নবা গুলি অমদি পুথোকপ্রে
চহি চাম্মগী মমাংদা জর্মন্দা
মকোই চোম্বা ডাক্তর অমনা,
মহুবু থাজনদবনা, চরাম-চদৎননা হিংখিদৌরি॥

তাং ১৬/৫/৭৭ ইং

# মানা মানা থোকপা

থবক ফংদবশিংসি উরগা
শবক্লা ফুরিৎখাউহুমদুনা নোক্লি।
ফৌনা গোদাউন্দা ভুম্লি
চাকখাউনা অহিংদা খোংলি।
নঙ্গন্দা উন তারি
ফিনা ঢুকান শঙলি।
খোংউপ্পা কৈথেন্দা ঙাম্খোইরি
থোঙনা তিংখং থিরি।
পোৎনা মগুণ হম্বগী ইকাইরি
মমলনা নাপল তৌরি।
ডাক্তরনা অনাবা য়েংলি
অনাবনা হিদাক য়েংলি।
ইঞ্জিনিয়ারনা থোং য়েংলি
থোংনা ঠিকাদার য়েংলি।
ছাত্রনা স্কুলদা কোয়রি
ওজানা ভলব ঙাইরি।
ওফিসারনা কাংল শেমজিল্লি
মুপীনা মনিংথোঙ হাংলি।
মন্ত্রিনা কার ভোংলি
পুলিসনা লৈবাক ঙাকলি।
উকিলনা মরৈ য়েৎনরি
জজনা বিচার য়ৈথোক্লি।
কবিনা মঙ মঙলি
ইলেক্সনা তুম্বা থুগাইরি॥ তাং ১৫/১২/৭৭ ইং

# ইচানা হংই

হজিল্লকপা খুদিংগী ইচানা হংই—
'পাবা করি লৈরকই ?'
মথাক্তি করি করি চানিংদুনা হায়রকপনি
লৈরকই ঐস্থ অচাপোৎ খরা,
চানিংলমগনি খন্দুনা লৈরকপদি নত্তে,
ঐনা অচাপোত্তু মঙোন্দা পিবদা
'লোইবা নাইদ্রবা সুংঙাইবা অমা ফংই মঙোন্দগী'
মদুতগী খন্দুনা লৈরকপনি ॥
করিনো অমা খল্লিঙৈদা ইচানা হংই—
'পাবা নং হকচাং ঙমদ্রবা ?'
মৌশাদি মানা ইনাক্না চংলকপগা
ঐনা মঙোন্দা করিনো খরদি শোয়দনা হায়,
করিস্থ ঙাংদনা শকগম হজিল্লগা তুমিন্না ফম্মদুদা
হকচাং ঙমদ্রমাল্লে হায়না খল্লুরমাল্লে,
'অরুম্বা রাখল অমনা ঐঙোন্দা য়ান্দুনা লৈরে 'হায়বদুদি
পিক্লিবা মানা করম্না খঙগনি ??
সুমিদাংবাই ঐনা চথোক্লমদাইদা ইচানা হংই—
'পাবা ঐ কনাগা লৈহৌগনি ?'
মানদি য়ুমদা মথন্তা লৈহৌবা ঙম্মোই হায়জবনি
অদুবু, ঐনা মিৎকী পিগা লোয়ননা খনখি—
'ঐখোইনা লৈত্রবদা ইচানা কনাগা লোয়ননা লৈহৌবা ??



তাং ২৫/১২/৭৭ ইং

# হিংবা পাম্মী

হিংলিবনিকো ঐসে!
হিংদি হিংলি,
অহিংবা ঐনবু
মুমিৎ খুদিংগী শিথরকই
হিংবসি ওম্মোইদৌরিমাক্লে
অদুবু হিংবদি পাম্মী;
মুংশাম্বর হোল্লিবসি পৈশানিনে
য়ারবদি স্বর-হোন্দনা হিংবস্থ পাম্মী.
অকনবনা মুংশাম্বর কন্না হোল্লি
অশোনবনা মুংশাম্বর শোন্না হোল্লি
হিংবদি লোয়না হিংলি;
অশোনবদু অকনবগী স্বরদু পাম্মী
অকনবদু অশোনবগী স্বরদু লেপথিবা পাম্মী;
অদুদগীদি ঐ –
খোঞ্জেল হৌনা লাউরকই—
ঐস্থ খরদি হিংগেদনা?'
অদুদগী মখোইনা খুম্লকই –
নংদি হিংবদা মতিক চাত্রবনি'
অদুবু হিংবদি পাম্মী।

তাং ১৬/৫/৭৭ ইং



# " নিঙোল চাক্কৌবা '

ঙসিদি নিঙোল-চাক্কৌবা নুমিৎনি
চহি অমগী মনুংদা অমুক্তনি।
ঙরংনা ছন্দোরকপা কোরৌগী মশেক্তা
নিংতম্লবা নুমিৎসিবু মম্লাই কাহল্লে।
মতমকুইনা পোম্লুংদা লৈরুবী চেক্লাশিং
শাখপ-তুফাংনা অতিম্লাদা পাইজবগুম,
মপামলমবু য়েংজবা নত্তনা ফংজদ্রবীশিং
লাক্লে ঙসিদি নৌর'শক্লোন পুত্থনা।

মচুমচুগী নিঙোলগী মেলানি
মথল মথেলগী নুংওল্লবা কুম্মৈনি।
হৌগ্রবা পুন্সি, লোইগ্রবা ৱারি
লেপ্লরে ইনাক্তা, লিররে হৌজিক।
সনারৈ পরেং-গোবর্দ্ধন; পূজা
মৈরা পরেং-দ্বিপাম্বীতগী থাউমৈ;
নিঙোলনা খোইজংনা ঈরাচ্চবা নুমিৎ
ফংজরে ঙসিদি, থুংজরে আশা।

লমদম তাম্না তাম্না ওঙনগ্রবী
শানৌ হৌমিন-কামিন শাৎমিম্নরকপী,
চেজেৎনা থম্লকপা থম্মোইনুংগী ৱারি
লিনরে ঙসি ম্লাতোল্লংনা নোক্তনা।

তম্পাক মত্তদা পুম্না কাইদোংঙ্গিম্নরকপী
মতম কুইনা উনজগে কংজরক্তুবী
ওকুজরে ঙসিদি মিৎলু-ঈরা ঈহৌননা
চাক্তামিম্নরে হৌজিক্তি য়েহেল্লৌঙৈগী মতমগুম্না।

তাং ২৪/১০/৭৭ ইং



## থবক থিবগী থবক

মাইগৈ পুম্নমক্তা থবক্কী থবক ঙাক্তা—
মফম পুম্নমক্তা থবক ফংদবা ঙাক্তা।
মেছিন্না পৈশা শাবসিবু কয়াম রারমগদগে?
নোংঙানবদগী য়োৎ-পায়বমুক রারমগদ্রা?
পৈশাসিবু কোটি কোটি শাই হায়বদাই—
ইপায়-পায়নদবসিবু অশাবশিংনা য়েম্নথোকপ্রবরা?
চাওখৎত্রিবা লৈবাক্তা থবক য়াম্না লৈ—
চাওখৎপা লোইরবনিনা থবক অমত্তা লৈত্রে।
অহিং সুংথিল তুমদ-চাদ, চরাম-চদৎননা—
থবক থিবগী থবক অমমমদি তৌনরি॥

তাং ১৫/৮/৭৭ ইং



# হিংবা অমসুং শিবা

হিংবসিদং ঙম্নবা হোৎনবদা
শিবগী রাখল খল্লুবা নংদে,
অশিববু লায়খোকপিবগী মতিক
লমন খুমগদৌবগী লুমহুনা ঙাইরি।
অশি-লৈবাক্তগী য়েংলকপদা
অহিংবা মীগী মুর্ত্তিসে
জ্ঞান য়াম্না তারবা
শরূগী মেছিনগুম উই।
মীগী মমায় অনি পাল্লি—
অমনা অহিংবা, অমনা অশিবা
অহিংবা মমায়সিনা অশিবা মমায়বু
মী উখিদনবা খুমজিনবা হোৎনৈ।
হম্নুবীনা লৈশাবীবু চুপ্পী
লৈশাবীনা হম্নুবীবু তুকচৈ
অশিবনা অহিংববু সুংশিজৈ
অহিংবনা অশিববু তুকচৈ।
মোংফমসিদা অঙাং কয়া পোকখি
মানা মানা' ঙম্বা খোমজিন্নখি
পাঙ্গল লোইবদা খোমজিনবা লোইখি
খোমজিনবা লোইবদা পুন্সি লোইখি॥

তাং ১২/১২/৭৭ ইং



## তরামরিনি পানবা মেরাগী থাজ

মথোৎ-কারক্লিবী হকচাংদা ঙৌর' ফিজোল লৈতেংদুনা
চীং-লেম্না মোমোন-নোক্না মুংশিনা য়েংলকপগুম
তরামরিনি পানবা থাজনা লেপ্লি ইমাংদা।
ঙসিদি অতিয়াসে নাপলগী মিনোক্না লৈতেংলে
লাপতক-লাপতক থরান্মীচাকশিংনা ফজবা তান্নরি
অঙৌবা লৈচিল মপৈ-মপৈনা থাজবু তেমশিংনরি।
থাবলগী চীং-লেম্না নিংথিরবা শকফমসে
পান্মু-মুংশিনা য়েংলি তুমিন তুমিন –
মুংশাম্বর হোন্দমথৈ উপাল-রাপাল পুন্নমক।
থাবলদা উপালশিংগী মমিনা তুমিন তুমিন লেপ্লগুম
হোৎলবা পুন্সিগী মুৎনাইদ্রবা থোদোক কয়ানা
লেপ্লরি ইনাক্তা তুফক-তুফাই নিংঙমদনা।
নোংমা পাল্লম্বা থাজনা তরামরিনি পাল্লকপদা
য়েন্নিংহল্লকপা পুন্সিনা প্রকৃতিবু মিতাক্সরকপদা
যৌবনগী পুক্লিংনা মিপাইদনিংঙাই করি লৈ ?
ঙসিনা নোকচবা ওম্বদি হয়েংগী আশাদনি
মথোৎ... ...বদি তুংগী পুন্সিতগীনি
তরামরিনি থাজনা ... পুর্ণিমাগী রাথলদনি॥

তাং ২৫/১০/...

× × লোইরবা। × ×



# অইবগী কোৎলগদবা লাইরিকশিং

১। কাম্মনবা থুংলবা (ড্রামা)

২। শিত্রিকাওবা ফিংফিগে (বারি-মচা)

৩। চৌংদা শাৎপী ইঙেঙৈ (শৈরেং)

৪। শাৎলম্মী মীঙেল্ অমা (উপন্যাস)

—— × ——